# অভিমন্যু

ইচবা :—

এম: বীরমঙ্গল

তা: ৩ | ৬ | ৪৯

ফোংজরিবী:—

এম. থরোশংবী দেবী

কাংঙবম লৈকাই

১৯৬৯

মমল লুপা ৩ তনি

লিলাদি চংবা মাশকশিং

অমসুং

শাখিবা এরিয়ান থিয়েটরগী আর্টিশশিং

| | |
|---|---|
| শ্রীকৃষ্ণ— শ্রীমঙ্গিবাবু সিংহ<br>আর, কে, বীনোদ | দুর্য্যোধন — ও, বীরমঙ্গল সিংহ |
| অভিমন্যু—কুমারি সত্যবতী | দুঃশাসন— শ্রীঅঙৌবা শর্ম্মা |
| যুধিষ্ঠীর— ইবোতোম্বী সিংহ | শকুনী— শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ<br>শ্রীশ্যামকৃষ্ণ শর্ম্মা |
| ভীম— শ্রীরবিন্দ্র শর্ম্মা | কর্ণ— শ্রীকক্ষ ই সিংহ |
| অর্জ্জুন— কামিনী কুমার সিংহ | দ্রোন— শ্রীলালা শর্ম্মা |
| নকুল— শ্রীকুঞ্জমনী সিংহ | অশ্বত্থামা— শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ<br>শ্রীচেতানন্দ শর্ম্মা |
| সহদেব— ইবোতোন সিংহ | জয়দ্রথ— গৌরকৃষ্ণ শর্ম্মা |
| শত্যকি— শ্রীচেত্তানন্দ শর্ম্মা | শল্য— শ্রীমহেন্দ্র সিংহ |
| বভ্রু— শ্রীইবোতোম্বী সিংহ | শ্রীকান্তি শর্ম্মা |

নারদ—আর, কে, নবচন্দ্র শ্রীএকেন্দ্র সিংহ শ্রীযামিনীকান্ত সিংহ

দ্রৌপদী— শ্রীমতি তম্ফামনি দেবী

সুভদ্রা— শ্রীমতি সাবিত্রী দেবী<br>শ্রীমতি রাধে দেবী

উত্তরা— কুমারী বীনোদিনী দেবী

ফিজোন— শ্রীইবোমচা সিংহ

ম্যুজিক ডিরেক্টর— শ্রীবুধচন্দ্র সিংহ

ডিরেক্টর— শ্রীপিশক সিংহ

# হাঙ্গৈজবা

লিলা অসি ১৯২৩ ইংদা ঐনা চহি ১৩ য়োম চংলকপদা ইহান হানবা লিলা য়াওবা হৌবদা "অভিমন্যু" শাহুনা কাংওবম লৈকাইগী অহলশিংনা ঐখোইগী ইংখোলদা ষ্টেজ শেমহুনা 'অভিমন্যু বধ" হাঙৈনা শান্নখি ।

মতম অহুন্নাইদা লৈকাই লৈকাইদা ষ্টেজ শাহুনা লিলা তৌনরম্বদা অমস্তুং জোনষ্টোন স্কুলগী স্বরসতী পুজাগী লিলা তৌবদা লিলা অসিবু শান্নরবদি ঐবু মকম অয়াম্বদা "অভিমন্যু" শাহনবীরম্মি।

মতম অহুগী মনিপুরদা লিলা তৌবা অয়াম্বা মফমদা ড্রামাগী লমজিংবীরম্বা, ড্রামাগী গুরু ( ১ ) শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম ৺মুনান সিংহ ( ২ ) শ্রী খোইরাকপম ৺নবকেশ্বর সিংহ অনিনা লিলাগী লাইরিক পুথোক্লুনা অমস্তুং লিলা তম্বীহুনা শান্নরম্মি।

লিলা অসিনা ঐবু ড্রামাদা পামহনখিহুনা এরিয়ান থিয়েটর লিংখৎলক্লবদা লিলা লাইরিক অহু থিজবদা ফংদ্রহুনা ওঝা, গুরু অনিনা তাকপি তম্বীরম্বা য়াহে য়াত্তা, মওং মতৌ থংজহৌবা মথৈ চিংথদনা লাইরিক অসি "অভিমন্যু" হাঙৈনা তাং ৩।৬।৪৯ ইংদা ইবা লোইরুখি।

লিলা লাইরিক অসিবু এরিয়ান থিয়েটরনা শান্নরমদাইদা ঐগী ঈয়াম্বা ঐনা অভিমন্যু শাবা মতমদা অর্জ্জুন শাবীখিবা শ্রীহাওবম ইবুংঙোয়াইমা সিংহনা শেম্বীবতা নত্তনা অয়াম্বা শরুকস্তু ইবীহুনা তাং ৭।৬।৬৮ ইংদা অহানবা শান্নরগা মথং মথং কয়ারক শান্নবিখি ।

তাং ২৫। ১। ৬৯ ইংদা এরিয়ান থিয়েটরনা মনিপুর গভর্মেট পাব্লিসিতি ডিপার্টমেন্টনা পাংথোকপা অল মনিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেলদা উৎপিহুনা লিলা অসিনা পৌরানিক তা বেষ্ট প্লে তাহুনা লিলা অসিগী ভীম শাখিবা শ্রীঅরবিন্দ শর্ম্মানা বেষ্ট এক্টর, শকুনী শাখিবা শ্রী এ, সমরেন্দ্র সিংহনা সেকেণ্ড বেষ্ট এক্টর, সুভদ্রা শাখিবী শ্রীমতি সাবিত্রী দেবীন সেকেণ্ড বেষ্ট এক্ট্রেস অমসুং লিলা অসিগী ডিরেক্টর টিএচ, পীশক সিংহনা বেষ্ট ডিরেক্টর তাখি।

লাইব্রিক অসিবু ড্রামা লাইব্রিক অমা ওইনবা মতেং পীবিথিবশিংগী মপান্দগী মনিপুর গভর্ণমেন্ট ইডুকেশন ডিরেক্টরনা মতেং পিবীহুনা। ফোংজবা ওমজবা অসিগীদমক এ। পুন্সিসিনগী লমন তোঙবগা লোইননা হন্না হন্না থাগৎচরি।

এম, বীরমঙ্গল।

# অভিমন্যু

## অহানবা উৎপা

### লানশং

[ দুর্য্যোধন হঙ্গংহন্দা চত্তুনা— ]

পাবুংশিংগী মরক্তগী পাবুং মহারাজনা অহন্নি। শাগে মরক্তগী পাবুং মহারাজনা ধর্ম্ম কাইদনা, রাজনিতি মতুং ইন্না নিংথৌ ওইগদবনি— অদুবু পাবুংনা মীৎ উদে হায়দুনা, খুড়া ইবুঙো পাণ্ডুদা নিংথৌ ওইজো হায়দুনা প্রেমনা পিজবতনি। হৌজিকশু অহলগী মচা অহল এনা নিংথৌ ওইবদা পাণ্ডবনা করিগী কল্লকপিরি? করিগী দমক মীহৌবিরি? করিগী খোংথাং খোংথাং য়েক্ল' তিংখং ওইরিবানা? হুঁ—ধর্ম্ম লৈতেদা পাণ্ডব! ঈকায়বা মকম্থু খংদেদা। ঐদি ধর্ম্ম কাযদে, রাজনিতি হুন্দোক্তে, ধর্ম্ম মতুংইন্না ধর্ম্ম ক্ষেত্রদা ধর্ম্মগী লাল!

[ শকুনি, কর্ণ, দুঃশাসন চংলকই। ]

চংলকউ মামা! লেংশিল্লকউ ইভাও! লাও দুঃশাসন! ময়ামস্থু হায়বিয়ু—ধর্ম্ম ক্ষেত্রদা ধর্ম্মগী লাল তৌবা নুমিৎ ১১নি শুপ্রে। ইবুধৌ ভীষ্মস্থু শরশয্যাদা চেপখ্রে। মসিদা ঐগী ময়েং তারব্রা? কৌরব পক্ষ্যগী ফিরাল মমাই লৈবা থোক্লবরা? ময়ামস্থু খনবিয়ু হৌজিক ঐখাঙ্গীগী কৌরব ভেঙ্গোল পুবিনবা অকনবা লান্দা হৈশিংবা কনাবু সেনাপতি খনসিগে?

শকুনি—মহুগী পুক্লিং লাংতকনবিগনু মহারাজ! মহারাজগী করি রাংকনি মামা লৈরি—অঙ্গরাজনচিংবা ননাও ইবুংঙোশিং ময়াম লৈরিঙৈদা হনুবা! ফোংগাম অমা রাংপনা মহা-রাজগী করি ময়েং তাগনি। নবুধৌ ভীষ্মগী সেনাপতি মওইদি ধৰ্ম ওংদা অমনি। হাত্তনস্থ য়ারবা,—মানা ঙংদগবা মীকুপ থরা হাংলমলগা, ঐঙোন্দসু রাইচিনপ্রবা, খ্যাইগীসু য়েক্লবা অহুবুনা মতু ফাওবা তেকহন্দ — হায়দনা কাম্নদে মহারাজ—তৌনি নিংবগা তৌরম্বগা চপ। থুনা শিখিবা মহারাজগী মঙ্গলনি, নত্রবদি মহাক থক্ত কৌরব ফেং ফেং হায়না খাংলমগনি। হৌজিক্তি কৌরবকি লাইবক ফবা নুমিৎ থোরকলে।

মহাবীর কৰ্ণ! নতাও অঙ্গরাজনা কৌরবকী সেনাপতি ওইবা নত্তনা কনা অমুক থনখিনি।

দুঃশাসন—চুমই মামা! মতিকনি—মহাবীর কৰ্ণ নত্তনা ঐখোঙ্গীগী সেনাপতি ওইবিনবা কনা লৈ?

দুৰ্যো—অহুদি মামা। ইতাওবু সেনাপতি হাপনবা থোরাং তৌবিরো।

শকুনি—অহুদা মহারাজ। কনাগুম্বনা নিঙাই হেক তৌরক্লবদি?

দুৰ্যো—মসিদা য়ানিংদবা ঐখোঙ্গীগী তোঙ্গোলদা কনা য়াওনি?

শকুনি—হায়বিনিংঙাই ঙাংবিনিংঙাইদি রাংপা নত্তে নং তৌরোনা হায়রবদি মশোং উনা উনা হেক লৈনরিসিনি। লুরিবু—আধামরা, তংখাই অমা শিপ্রবা য়ুরা ওটহুনা লৈরম্বদগী অমা থুপপ্রবা অমা লৈহৌরিবগা অনিগী তংখাই অহুগী মচা মী পোরা অহুগা পোরা অহুমনা শাবা মখোঙ্গ অনিহুদি বেরা সোইদনা তৌরকখিনি।

দুঃ শাসন—মামা! হৌজিক লুররা মতমসিদা নঙ্গল কোল্লগা নাত্তোন লাম্বগী র৷ কাল্লদে। মশক মমিং হেক্তা হাইয়ু।

শকুনি—পাক হেক হায়বা য়াবা নত্তেনে যুবরাজ! পোৎ অমা শাবা তারবদি শাত্রিরৈভদা হান্না মপান খোল্লা য়াত্রা। মীত্তা অহুবু হান্না মমিং পনবা? বিষ্ণু বিষ্ণু তু চুংই। লাইশং য়াওদনা লাই লাংপা ভমলিবা মীতা অহুদা? মপা মচাগী কম্থি মত্তা অহুদবো? মমিং হায়বা লোইফাত্রিরৈভদা থাংনা সর—বিষ্ণু বিষ্ণু! যুবরাজ! মুংশিজরবা থরাই অসি ভক্ য়াওদনা করম্না লৈহৌনি। কনবিনবা লৈতনা ঐনা করম্না মমিংশিংদো পনশিগে।

কর্ণ—করি মামা? চিংনবা লৈতনা হাইয়ু। কর্ণ লৈরিভৈদা কুরুপতিগী ফনবা তৌবদা, য়েখাইগদবা মরোল অহুমদা কনা লৈ? মামবু হাৎলগদবা কনানো চোংথোকলকসনু মতিক চাবা দণ্ড পীগে।

শকুনি—হঁা—হঁা—হঁা ঐতগী ওইনা হায়জবা নত্তে—হকচাংগা থরাইগা থানবা য়াদনা মুংশিনৈ—হায়জবতনি। মামস্তু কিগনবা মীতা নত্তেদা। [ পোংবা ]

দুঃ শাসন—করিগী কিনি মামা! ঐখোঈ খাই লৈরি মামগী করি রাংকনি। মীশক শেংনা হেক্তা তাকপিয়ু।

শকুনি—কনাবু ওইগদগে— শরশয্যাগা ভাব তিন্নবা লুকনা অমগী হারগা থবক্তা অতোপ্পগী তৌবিবা। লালগী মখোংস্তু থওদবা প্রেমগী মওংনিস্তু হাইভমদবা ভাবনবু য়োৱে হায়রবদি

ইশৈ শকপা পুং য়ৈবদদি থাদবা—ভাবোক্তা ফি থাবা মপা মচা অনিহুবু হাইজবনি। হায়নরিভৈদা য়ৌরকপনা হাল্লে। রাগ হৌগৎলকপদা কাইনিকো। চেকশিনবিয়ু।

[ শল্য+অশ্বথামা চংলকই । ]

ছুয্যো—লেংশিনবিরকউ মদ্ররাজ! গুরুনন্দনসু লেংশিনবিসি।

অশ্বথামা, শল্য—ফনি মহারাজ!

অশ্ব—মহারাজ মবুধৌ ভীষ্মসু শরশয্যাদা চেপশ্রে। হৌজিক মহারাজনা কনাবু সেনাপতি হাপকে নিংবিরিবা? ময়াম থন্নবিরম্মব্রা?

ছুয্যো—গুরুনন্দন! ননাই ঐনা খঞ্জবদা ইবুধোগী তুংদা সেনাপতি ওইগদবা কৌরব তেঙ্গোনগী মতিক চাবদি ইতাও অঙ্গরাজতনি—

অশ্ব—হঁা—হঁা—মহারাজ। নতাও কর্ণবু সেনাপতি হাপকে থর্নাবিরিবরা? মতিক চায় কৌরব তেঙ্গোন্না কর্ণবু সেনাপতি খন্দন কনাবু খনগনি। মহারাজ! অশ্বথামা ঐবুসু তোক্লে। কুরুপতি! কৌরব তেঙ্গোন্দা গুরুদেব য়াওরি হাইর্বাসদি নবুধৌ ভীষ্মগী অরাবা মৈচাকনা কাওরব্রা মহারাজ?

[ ভহাক তুমিন লৈনবা ]

হায়বিয়ু মহারাজ! কৌরবকী মঙ্গলগীদমক নতাও কর্ণবু সেনাপতি হাপকেরা? গুরুদেববু সেনাপতি ওইবিয়ু হঙ্গৎসিরা?

কর্ণ—তাও গুরুমচা। মহারাজগী মহুৎশিন্না কর্ণ ঐনা হাইরি।

পুকচেল মতুং ইন্না থবক তৌবা তারে। গুরুগা লোইননা মুংঙাইগদবা য়েংবিদুনা লেংবিগে নিংবিরবসু য়ারনি। লাল হায়বসিদি ক্ষেত্রি মচাগী মথৌনি। ব্রাহ্মন, লাই-নিংববু লানফমদা থাক্লুনা থম্বদি রাই য়াম্না চিল্লে।

**অশ্বথামা**—করি সুত্রমচা ? রাথনগী মথা পোম্না নরৈ খংলু। নত্রবদি নরৈ অত্তু তংচনি। নং কনানো ? অশ্বথামা লৈ-রিঙৈদা ননিং তম্না রা ঙাংবা য়ারোই।

**কর্ণ**—ইনিং তম্বা কর্ণগী মথৌনি। চাওরবা কৌরব তেঙ্গোল কর্ণদা লাম্হোকলি। হৌজিক ঐনা নিংবা ঐনা হায়বা মতুং ইন্না চৎকদবনি। ঐনা হায়বা ইন্দনা কুরুপতিগী ফত্তবা তৌবা পূম্বা খুদক্তা মথরাই লৌগদবনি। খংলবরা বামন মচা।

**অশ্ব**—অ-হঁা—হা—হা—কুরুপতিগী মহুৎশিন্না। হুইনাও মচা চাল্লগা লৈতোন লেকপা—মসি রাজসভানি হুইগী কুনফম নত্তে। লুখাক কোমদা নংগী লৈফম—খংদ্রবরা সুত্রমচা!

**কর্ণ**—তুমিন লৈয়ু বামন মচা। নঙক্লু থুদেক্লুনা পোপতেক লৈবা ঙম্বা মীনি!

**অশ্ব**-হঁা—হঁা—হঁা খরসু রাংলি। মপুনা য়ানবা চিরোল। মপুগা মনাইগা মান্নেদা। ঙাংবনা অকনবা শকপা য়ারোই।

**কর্ণ**—কৈ লমহেল্লবা! দাতা কর্ণ ইমিং হোংশ্রসনু ব্রহ্মঘাতক কর্ণ হায়হল্লগে কুম্ভি পাক নরক্ত তারসনু চেনগনু বামন মচা!

[ থাং শত্তুনা চংশিনগে তৌবা শল্যনা থাম্বা অশ্বথামা থোৗরাং তৌবা। ]

শল্য—ঙাইবিখো অঙ্গরাজ ! য়েরুবা মাংদ চাং ভাবা ইকাইবা থবকনি। কৌরব পক্ষগী দমক ফনবা ঙাংনবদা করিগী অততাই ?

কর্ণ—চংথোকপিয়ু মদ্ররাজ ! অথাপ্পা য়েরুবা কোয়া হাংকে। অনকপা য়েরুবনা হায়া হাংকে। হন্দোকপিয়ু য়াত্রবদি মদ্ররাজনা কর্ণগী অহুমশুবা য়েরুবা ওইজনি।

শল্য—হঁ। মহাবীর ! ঐস্তু শিবা কিহুনা হনগদবা নত্তে। রাখন তৌবিয়ুদা। থাং অদো অরেম্বদা ব্রাহ্মনগী হকচাংদা য়াম্নবা নত্তে।

অশ্ব—থাদোকপিরকউ মদ্ররাজ। খাম্বিরুরনু। শুদ্রমচাদো ময়াই কারে। জ্ঞান মাংলে। ব্রাহ্মনগী তেজ মশক থংহনগে। কর্ণনা কদাই ফাওবা ওম্বা দ্রোনাচার্য্যগী মচা অশ্বথামানা কদাই ফাওবা হেনবা তেঙ্গোল মমাংদা হায়া চাং য়েংনরগে। হায় শুদ্র মচা। হনগনু—

[ থাং শন্তুনা চংশিনবা ]

দুর্য্যো—[ অশ্বথামা মখোং কোন্দুনা ] গুরুনন্দন ! শাওবিথিনু। ঐবু য়েংবিহুনা তপথবিয়ু।

[ অশ্বথামা থাং হন্জিল্লি ]

ইতাওসু অমুক্তা হস্থবিয়ু।

[ কর্ণ থাং হঙ্গল্লি ]

ময়াম্না পুকচেল তিম্নবিহুনা অমত্তা ওইবিত্রবদি—ভারতকী লালদা মঙ্গল ওইজগে হায়না তানজরিবা অসিরাইদা

মাংবা সোইদ্রে। ময়াম্না চানবিনি থঙ্গবতনা লাকওম ফাওমদ্রবা পাণ্ডবকী অকন অথৌশিংবু নাপীগুম্না উজ-রিবনি। ঐনা য়েক্লবা মমাংদা মাইথিবা মিংচৎ থিবা পুম্বা ময়াম্না থিংবিবা ওম্মোই থনবিরবা, মতম লৈরিভৈদা হাই-ব্রিহৌ। ঐগীদি অত্তাইনি। ইশামক খ্বাইগী মাং থানা য়েক্লবা মায়োকনহৌরগে

অশ্ব—মহারাজ! মঙ্গলগী দমক পুক্রিংদা অমকপা লৈতনা হয়া হাইরি—কৌরবকি দমক লেপ্লিরিবা চহিস্থ অহল ওইরবা গুরুদেববু সেনাপতি ওইবিনবা হঙ্গৎসি।

দুর্য্যো—য়াম্না ফরে গুরুনন্দন! মসিদা কনা য়াবিনিংদবা?

কর্ণ—য়াম্না ফৈ কুরুপতি! ইশাগী য়েংদনা ঐগী থরায় মগা কুরু-পতিদা কৎথ্রপনি। গুরুদেববু সেনাপতি বোরিক্লরসি।

[ দ্রোন চংলকই ময়াম খুরমই ]

দ্রোন—মহারাজ! "মঙ্গল ওইয়" .....

দুর্য্যো—লেংশিনহিয়ু গুরুদেব! ননাইনা নিংজবা মতুং ইন্না মতম চানা লেংবিরক্লে। চয়ন্দা রা থরদং হঙ্গৎচগে—ইবুধৌস্থ শরশয্যাদ চেপখ্রে— গুরুদেব নত্তনা মতিক চাবা ননাইগী ভেঙ্গোন্দা লৈজদে। সেনাপতি ওইবিহুনা হয়েংগী মুমিত্তা পাণ্ডবকী লাম্মী পুম্বা ভুমনা হাওনা যুধিষ্ঠির মহারাজবু ফাহুনা ননাই ঐগী অরাবা কোকহনবিয়ু

দ্রোন—ঐগী লাইবক ফবনি মহারাজ! রাগম্থ কুরুপতি! হয়েংদগী ঐনা সেনাপতি ওইহুনা জগৎগুরু দ্রোনাচার্য্য হায়বা ইমিং মীপুম থুংনা থংহনগনি। লালওংদি পৃথিবী মীওইবন

খণ্ডবা ওমত্রবা চক্রব্যূহ শাগনি। কুরুপতিনচিংবা কৌরবকি অকনবা মথৈ ব্যূহ মন্নুংদা লৈগদবনি। ব্যূহনা কোই-শিনগ্ববা মফমদা য়েক্লবা মথৈ ফাবা, হাৎপা য়াগনি। য়েক্লবনস্থ চংবা ওম্মরোইদবা ব্যূহ অসিগী থোং ওাক্লবা ঐনা মীশক খনগনি। ব্যূহ চংবা হৈবা অর্জ্জুনবু নরায়নী সৈন্য থাজন্দুনা হান্নদগী শরুক অনি হেন্না কন্না লান-খোরকপা ওমদনবা লালথেংনগদবনি। ঐনা রাশকলি মহারাজ! পাণ্ডব অরাবা পিতৃনা যুধিষ্ঠির মহারাজ ফাহুনা পিগনি।

শকুনি—জয় দুর্য্যোধন মহারাজগী—

ময়াম—জয়।

## লাইট ওফ

### অনিশুবা ঊৎপা

### "তুরেন মপান"

শ্রীকৃষ্ণ রাথন তৌনা।

করম তৌসিবা—হয়েংগী দুমিত্তা অভিমন্যু শিত্রবদি মহা-ভারতকী লাল মওং হোংবা য়ারোইদৌরি। কৌরবতা করন্থা উপাই তৌসিবা। উম্, হয়েংদি ইতাও অর্জ্জুনবু নরায়নী তেঙ্গোল থেংনবদগী খুবৈ অমা ফাওবা নান-খোকহল্লরোই। দ্রোনগী ব্যূহগী থোংনা জয়দ্রথনা—

মহাদেবগী কৃপাদগী ভীমনা ব্যূহগী থোং নমথেক্লুনা চংবস্নু ওমলরোই। পাণ্ডবগী তেঙ্গোন্দা ব্যূহ চংবা হৈবা কনাস্নু য়াওদ্রে। দ্রোননা ইরাই লাইনা যুধিষ্ঠির মহারাজ ফারমদাইদা অভিমন্যুনা থোং সোইদনা থুগাইবা ওমগনি। মা চংবদি ইরাই লাইনা ওমগনি। থোরকপদি ওমলরোই। মতুদা কনা য়াওদনা মথক্তনা ব্যূহ মনুংদা কৌরবকী অকনবাশিংগা থেংনরবদি সোইদনা রথি ৭না কোইশিন্দুনা হাৎপা ওমলনি। মুংঙাইরে হয়েং সোইদনা শিরনি। অতুদা অমুক অভিমন্যুগী অল্লাবা মৈচাকতি পাণ্ডবপু করম্না কোকহনগনি—মসিগী থৌরাংনা কোল্লা।

[ অর্জ্জুন চংলক্লুনা খুরুম্বা।

অর্জ্জুন—ইবুংঙো! থৌগন কনা য়াওদনা চিল্লবা মফমদা প্রভুদা! মুংঙাইরবা দ্বারিকা থাদোক্লুনা লালগী মৈশা মরক্তা থৌগন মতিক চাদনা লৈবিবা থাংবা ওমবিব্রহুনা অচিকপা মফম থিবিরিব্রা ইবুংঙো!

কৃষ্ণ—ইতাও! নংনদি খংদবা ঐ করিগী ব্রাগনি—ঐদি মুংঙাইবগী মথক্তা ময়াম চংহুনা ঐগী মুংঙাইনবতা হোৎনবি। ঐনদি নথোইবু ওসি ফাওবা মুংঙাইহনবা ওমদ্রি। করম তৌরগা লালসি থুনা লোইহুনা ইনেম্তোনগী থৌগনবু নথোই নচিন ননাওনা ফংগদগে খল্লিবনি।

অর্জ্জুন—প্রভু!

কৃষ্ণ—ইতাও লাল মওং অমা তৌবা তারে। সোমদনা য়াম্বুং য়াইমনচিংবা অকনবা মহারথিশিংদা শিন্নরম্মগা নরায়নী

সৈন্য অসি থুনমক লোইনবা লাল মশোক্ল—ইতাওনা অসোমদা অমুক সোমদা অমুক ঐখোইগী থুদোং য়াম্না চাদ্রে। মাগী মাগী শরুক পুনবা তারে।

অর্জ্জুন—অচুদা ইবুংঙো! অসোমদা ইপু ইনাইনা নিঙাইদনা লৈরিঙৈদা সোমদা করিগুম্বা সোইদ্রনা য়াম্বুং মহারাজ সোই-রবদি মাংলেদো প্রভু!

কৃষ্ণ—হঁা—হঁা মুংঙাইদা ইতাও! নংসি ঐদি ফনা মুংঙাইরিয়ে। নংগী দমক্তুম শোইনি হাইদনা য়াম্বুং য়াইমা ভীমনা রাবিরি। নংনা য়াম্বুং য়াইমাবু অমুক থানদ্রি। মথন্তস্থ নত্তে—থুরাতোন সাত্যকি, নকুল—সহদেবনাচিংবা কল্ল কল্লবা মহারথিশিংগা লৈহৌগদৌরিবা। ঐদি নংগীদ্রম রাবি। নথন্ত—ঐনস্থ নং সোইদৌরে হাইদ্রনা ঙাকপা ঙমগদবস্থ লৈতে। ঐগী হাইববু নং পুদ্রনা চেনগদবদা মঙাই। নশাগীদ্রম থনজো। য়াম্বুং মহারাজগীদি অরাংপা লৈত্তে। লাও অরেম্বদা কান্নদে চৎসি ইতাও!

[ অর্জ্জুন চিংদ্রনা পুখি। ]

লাইট অফ

অহুমশুবা উৎপা

"লানফম

ব্যূহগী খোঙ"

জয়দ্রথ খুরুখুদক কুম্না মখুং লোন্নহুনা।

হে ত্রিলোচন! শিব মহাদেব ইবুংঙো ননাইবু কৃপা তৌবিরো। মমাংদৈদা ননাই ঐনা দুর্যোধন মহারাজগী য়াথং ইন্নুনা দত্যবন্দ দ্রৌপদী কাবদা পাণ্ডবকী য়াইমা ভীমনা ইথবাক্তা খোংপাক্লা কাওথিবা অহুগী লমন শিংজগে হায়না ইবুংঙো নংবু নিংজবদা নোংমতংদি ভীমবু মাইথিবা পিজো বর পীবিখিবা ঙসি সুমিন্তা ভীমবু মাইথিবা পীজহুনা ননাইনা চক্রব্যূহগী খোং ঙাকপসি মায় পাকহনবিয়ু। জয় শিব শম্ভু! জয় শিব শম্ভু!

[ ভীম চংলকপা। ]

ভীম—চখোকউ শিন্ধুরাজ। ঐ চংগে।

জয়দ্রথ—করি বৃকোদর। দ্রোনগুরুনা শাবা ব্যূহগী খোং ঐনা ঙাকলি, লাল তৌদনা নং লাক্লে হাইহুনা ইলাই লাইনা থাদোকনি থনত্রা?

ভীম—করি! ঙসি নংগী করম্বা অনৌবা থৌনা? নং কাওত্রা—দেত্যবন্দ দ্রৌপদি কাগে লাকপদা ময়োল অহুম ঙমবা ভীম ঐনা পাপী নংগী নথবাক্তা খোংপাক্লা কাওহুমা নংনা হাইজবদগী নথবাইভদি কনবিখিবদো। অহুগম্ লালকা

হাইবা শারি ? কৌমুদি গদাসি উত্রা ? নকোক অহু উফুল
শানা থুগাইয়ুরা ? নংগা লাল তৌনি.দে চংগে চথোকউ।
[ইরাই লাইনা ইস্থোকপদগী জয়দ্রথনা কম্না
ইস্থোকপদা ভীম লোংনা তুবা নমহুনা। ]

জয়দ্রথ—হা—হা—হা—মম্নাংঙৈদা দত্যবন্দ ঐগী থবাক্তা খোংপাক্না কাওখিবা মহুগী লমন্দি—জয় শিব শম্ভু!
[খোংপাকনা কাওবা ]
লমন শিংলে প্রভু! ননাইবু চানবিরে পেল্লে কমদৌই
বৃকোদর—হা—হা—হা।
[চংখিবা ]

ভীম—[হৌগৎপা ওমদনা শোম্না।] করিনো তৌরিবসিবো—অম্বুক শোম্বরিবসিবো। এঃ কুরুক্ষেত্র মথক মথা ওন্দোরে—লৌফম খংদবা খোঙ্গেন্না নাকোংসি য়ৈশিল্লে—করিমত্তা উশিল্লক্কে—হা কৃষ্ণ! ননাই ঐ মলম খংদ্রে। লৈফম লৈত্রে—
[সাত্যকি চংলকপা ]

সাত্যকি—কদৌরে মহাবীর!
[সাত্যকিনা কোনখৎপা। ]

ভীম—(বুদ্ধি তানা হৌগৎতুনা) থুরাতোন! ঐ বুদ্ধি মাংলুরব্রা ? ওসি ঐনা করিস্নু লৈত্রবা জয়দ্রথগী মথুক্তা মাইথিবা কাংলিবা অসি করিসীনো আঃ ওস্থোকনা লাকচনা তৌব্রেদা। হিরম্বা—বকাসুর—কিচক—জরাসন্ধ হাৎপদা তুজুংদ্রবা—করিস্নু লৈত্রবা সিন্ধু নিংথৌ জয়দ্রথনা ইনবতদা হৌগৎপা।

কাওবা ওমদনা তুবা। খুঙ্গনিংদা পাপী মরোল অহুমদা পোকপা জীবনা ভীম ঐগী খুত্তগী কনবা ওমত্রা য়েংজো।

[ চংকে তোবা সাত্যকিনা কাবা। ]

সাত্যকি—কুলায়ুদনো মহাবীর! কিংখিন্ন—পাণ্ডবকী অকনবা পুন্নমক কন্নিন্ন লৈত্রবা জয়দ্রথপা পাখিনবা লৈত্রে। গুরুদ্রোনগী চক্রব্যূহদি অস্থুম অস্থুম নকশিন্নক্রে।

ভীম—খুরাত্তোন য়াম্বুংগী নাক্তা লেংহুনা লাম্হোং শিনবিরম্মু। ঐদি পাপী জয়দ্রথবু হাংলগা থুনা লাকচরগে।

সাত্যকি—মহু য়াদ্রে য়াইম। মতম লৈত্রে লাম্মিপূম্বা কাইহুনা চেন্নরে। নয়াম্বুং য়াম্না মুংশা খিহৌরে হান্না লালওং অমা শিলহৌত্রবদি নয়াম্বুং মহারাজ কাখিব্না হানখিনি।

মমুংদা—"জয় মহারাজ দুর্যোধনগী জয়"।

সাত্যকি—তারবরা মহাবীর! এরুবগী জয়ধ্বনি। ঐখোয়রোমগীদি কনাস্থু মায়োক য়াবা ওমত্রে। তু য়েংউ লাম্মীশিংনা কাই-হুনা চেন্নিবসে—য়াইমা লাও খয় থুনা চংসি।

[ চংখিপা ]

ভীম—চেন্নবা পাণ্ডুংকী লাম্মীনা কাইহুম। চেন্নবা পূম্নমকনা চেনথ্রবন্থ ভীম লৈরি দ্রোন অমগী চক্রব্যূহদি খমখো দ্রোম লিশিং অমা লাকলবস্থু ভীম থুবৈ অমা লোংখিয়োইদবনি। কৌমুদি! ঐগী মুংশিরবা কৌমুদি চেকশিন্নগা নং ঐতনি। নং লেঙগন্নুকো ভীমগী খুত্ত নং লৈরিডেদা দ্রোন লিশিং অমনা কৈদৌরগনি। পাংদবা জাং মখৈ চেন্নথ্রো। চেন্নবদি নহুন্ন রুমুক য়েৌনবা চেন্নরো। এ-ভীমমা লৈবা মাইকৈদা চেন্নকলবাদ

থোকখ্রিবা পুন্নমক লাইবক খিন্নবা কর্ণবু চাম্নিন্নবগী-নিদকো। নচাবু মুংশিবিন্নন —"কর্ণ! মংমু মমাও মঙাগা লোইননা কন্দা চৎলু" ভাকপিন্নম্নবদি পেনশ্রনিদকো—থম্নু থম্নুরগা। নৈকম থংগ্রে পুক্লিং কাকা ওমন্ত্রে—ঈমাও মঙাগা দ্রৌপদিগা বন্দা চৎপ্রগা অকনবা মচা [illegible] পোক্লবী মমানা কোইনা কোইনা ভিক্ষা নিহুনা চানিংঙাই লৈতনা লৈখিবা—কর্ণনা পুকৈ থম্না থম্না থমহুনা। অঙ্গ দেশকী নিংথৌ দাতা কর্ণ! পাপী দুর্যোধননা ভিক্ষা কাওবা খিংহুনা হুইক্রু খিক্তুনা চাখিবা য়েক্লবনা খেকনা নোকখিবা কর্ণ পোকপী মমানা কপনা থাংখিবা মসিনা জগৎ নংগী নিয়মলা? মীওইবগী ধর্ম্ম হায়বহু অসিন্না? অততায় তারবা মতম অসি কাওবদা ক্ষত্রিয় ধর্ম নি হাইহুনা য়েক্লবগী মপোং কোম্বুনা থাংলি। অ—হা—হা—হা—হা—

[ চংশিনশ্রে ]

[ দুর্যোধন+দুঃশাসন+অশ্বথাম+শকুনি চংলকই। ]

দুর্যো—মতম কুইনা তৌরক্লবা আশা ওসি মপুং ফানা থুংলগনি। কৌরবনা পাণ্ডবপু মাইথিবা পীবা ওইথোক্লবনি হায়রবা [illegible]! নমীং কুপ্পনা য়েংজো। কুরুপতি দুর্যোধন ঐগী উদয়মদগী নংগী ওইথোক্লবা লৈচিন ভাক্তুনা লেংকত্রবা অঙ্গৈবা মুমিং থোরক্লে। কুনাবু খিংবা নত্তিক ওইরোই। পাজনি [illegible] দুর্যোধনা একচ্ছত্রাধিপতি। মা-মা [illegible] মাখা—করি তুমিন[illegible] ?

শকুনি—মামা মুংঙাইহরি, মামা রাগ তৌরি, মামা রাথল তৌরি, মামা হিরি কোল্লি।

দুর্যো।—মুংঙাইরো মামা ঙসিদি ঙাবানা পাণ্ডব হাংলগনি। গুরুদেবনা জয়দ্রথ লোইননা অপনবা লৈতনা চংশিনথ্রে। মহাবীর ইতাও কর্ণনা খেক্ল নোক্লা লালবাংথ্রে। চংশিল্লকলো অকনবা পূম্নমক। অপনবা লৈতনা তকশিল্লসি। য়েক্লবা পাণ্ডবকী তেঙ্গোল নমথেক্লনা যুধিষ্ঠির নমহুনা ফাহনি। নোংশাগী ময়াদগী শর্দ্দূল করম লিংকনি লাকও কৌরবকী অকনবা পূম্নমক।

[ চংশিনথ্রে ]

দুঃশাসন—জয় দুর্যোধন মহারাজগী—

ময়াম—"জয়" !!

[ ময়ামস্থ ইন্নথে ]

লাইট ওফ

"বনগী লক্ষ্মী"

ইশৈ :—

মায়াগী তম্পাক্তা তাইবংবু পুন্দুনা
শান্নরি নুংঙাইনা হরি নংনা।
মায়থোংদি কুপথরে অমুবা ফিজংনা
উজবা ফংদরে তাইবং কনা।
অমম্বা লক্ষ্মীদা অমম্বা খোংথাংনা
থিনরি নহাকপু কোয়না কোয়না;
লোংপিথে্র নহাক্তি উহল্লোই হায়না
থম্মোই কায়নরে নিংবা কায়না
তরং লাইজনা মিংস্নাদা ইহৌবা
কুপথরে মালংবান অমম্বনা
হাংবিত্রে য়ুথন্দি পীবিত্রে উজবা
থাঙবা ঙমনদরে উনিংবনা ॥

লাইট ওফ

## মরিশুবা উৎপা

## "লানশং"

শ্রীকৃষ্ণগী ফমফম অকোইবদা যুধিষ্ঠীর, ভীম, নকুল, সহদেব, সাত্যকি অমস্তুং মহারথি ময়াম।

যুধিষ্ঠীর—ময়াম তুমিন লৈবিরম্নু—ঐখোইগী অকনবা লান্মী পুম্নমক! যুধিষ্ঠির ঐনা হন্না হন্না হাইজরি। পাণ্ডব ঐখোইগী তেঙ্গোন্দা ব্যূহ চংবা ঙম্মীগদবা কনা কনা য়াওবিরিবগে চোংথোক-পীরকলো—কনা অমত্তা খুম্বিদ্রে—কনা য়াওদ্রে—করমনো য়াইমা! লাল অসি লোইখিবা তারে। গুরুদেবনা শারিবা চক্রব্যূহসিদা। ননাও অর্জ্জুন নত্তনদি কনাস্তু চংবা ঙম্নরোই। কৃষ্ণ অর্জ্জুন মপু মনাই থুনা কৌরুরো।

ভীম—ধর্ম্মরাজ! য়াম্বুংগী স্না য়াৎং ইঙ্গবদা অফ ফত্ত থাইজদ্রবা ননাওনি। ইন্দকৌসিদদি স্না চরম্না ঙাকপিয়ু। গুরুনা পুম্নমক হাংকে হাংখসনু! গুরুদেববু কিঙ্কনা অর্জ্জুন কৌজবদি ননাই ভীমদি ঙমজররোই।

যুধিষ্ঠীর—ঐদি কনাগীস্তু মীচং নত্তে। কনাগস্তু য়েরুবা নত্তে! লাল হায়বসিদি মহায় ফবনস্তু পাঙ্গল কনবনস্তু চংনবা নত্তে। জয় পরাজয় বিধিনা ঙম্বনি। মতম গুরবদা ইন্দ্রগী খুবম কংলবা বলি দিংথৌ লৈথা তাখি। লাইয়াম্বু মনাই ওইনা শিঙ্গিম্নবা ঙম্নবা রাবন ইলাই লাইনা মাংখি। কান্নদ যুধিষ্ঠীর লাইবক থিবনি। বুন্দা লৈবনা ঐগী

ইশঙ্কনি। খুরাতোন লেংবিরো—দুর্য্যোধনদা ঐগী গতি লৈত্রে—সাল তোক্লসি অমুক হন্না পাণ্ডব বন্দা চৎলগে হাইবিরুরো।

ভীম—বন! সুমিৎ চুপ্পা বন! তাবা ঙমলক্তরে। অকনবা মচা মঙা পোক্লগা মচাগী মচৈ চাবা কংজত্রবী ইমা ইবেম্মগী থোগল কংজগব্রা হাইরগা অমুকন্থ বন্দা? ইমা কাওবিরব্রা য়াম্বুংবো? ইমাগী মমনশিংবা ঙমদনা য়েক্লবা কিন্থনা বন্দা অমুক? মা য়াথং ইত্থনা চহি ১২ বন্দা চৎলুরে চহি অমা লোত্তুনা মীনাইওম থাংলুরে। ইমানা হস্তিনাগী খুল্লকা কোইনা ভিক্ষা মিত্থনা থাংব্রে। পাণ্ডব পোকপীনা ভিক্ষা নিবা! ভীম অর্জ্জুন পোকপীনা চন্না হেনবা!

স্যা—হুজিকন্থ ভীম্ম। শিবা কিন্থনা ইমাবু মীরাইত্থনা, ইমাগী সেবা কংজগব্রা হায়রগা বন্দা? ভীমগী হকচাং লৈতান্না শাত্রা? কৌরব করি লৈবমো—চৌবন্ন শামবা দুর্মিৎ কুরুকুলাধম দুঃশাসন্না পাঞ্চালিবু ইকাইবা পীথিবা সুমিৎ অত্থদন্থ কৌরব লোইরমগদবা নত্রা? য়াম্বুংগী ঈঙ্গিৎ রেংজবদগী য়াম্বুংগী সত্য ঙাকচবদগী ভীমনা য়া চিক্তুনা থাংথিবদগী—কৌরবনা সি য়োনা মণ্ডক হাই-পর্ৎখিবা ইমাওপা কনা কমানো য়াম্বুংগী থোপল তোখো। মনাই ভীম্বুদি থোগল ইন্দে হাইত্থনা ইন্দকীসিদদি য়াম্লোবিন্থ। মনাই ভীমদি ইমাগী সেবাগীদমক দুর্য্যোধনগী মথুটু য়ৈখৎলক্তিব্বা দুঃশাসনগী মথবাক সেগাইত্থনা ঈ থুজোক তরেং থক্তিব্বা মথৈ কনানা হাইরা তাথরোই। ভীমগী

ৱাশক থুগাইগদবা কনানো—লৈরমসন্নু কৌরব !

[ চৎকে তৌবা অভিমন্ন্য চংলকপা ]

অভিমন্ন্য—[ মন্নুংদা ] তপথবিয়ু পাণ্ডবকি অকনবা পূন্নমক !

অভিমন্ন্য লৈজরি !—

[ চংলক্তুনা খুরম্বা ]

ৱাবীগন্নু পাবুং মহারাজ ! ননাই ঐ লৈজরি । করিস্নু লৈত্রবা দ্রোণগী চক্রব্যূহনি—অতিয়া নিংথাইহনা নল্লকসনু—সমুদ্রদা পৃথি লুপসনু মিকুপ অমগী মন্নুংদা য়েক্লবা তুম্না হাত্তুনা দুর্য্যোধন মহারাজ ফাহনা কৎচগে ।

যুধিষ্টির—ইপাগী ইবুংঙো ! (কোন্দুনা)অকনবা কনা ৱা ঙাংবা ফাওবা ঙম্নব্রবদা ঐখোয়গী অরাবা উহনা ইচানা নপা নপলশিংগী দমকনি হায়না পান্থোম তিংবা ! নিংথিজরবা পূর্ণিমাগী থাবু ঙমজরবা নৌরবা ইংলবা ইচাগী মাইথোং থাজনা যুধিষ্টীরগী নিংবা কাইৱগী মৈচাক ইংহল্লে । পেল্লে—য়েক্লবনা যুধিষ্টীর ফাখ্রবস্নু অৱাবা স্নুংঙাইতবা লৈররোই ।

অভিমন্ন্য—ৱাবিগন্নু পাবুং মহারাজ ! ননাইনা মিকুপ্তা দ্রোণ গুরুগী ব্যূহ থুগাইজগে । স্না য়াথং পিবিরো । ননাই লালচংজরগে ।

যুধিষ্টির—ইবুংঙো ! চক্রব্যূহ চংবদি কনাদগী তমই ? নংবু ঙমগদ্রনে ?

অভিমন্ন্য—ননাই ঐনা ইমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা নোংমা স্নুমিদাং চক্রব্যূহ চংবগী পাবুংনা ইমাদা তাক্পিখি । মহুদা ব্যূহ চংবগী নিয়ম অপুম্বা থংজহৌই । থোরকপগী মরমদি ইমানা তুমখিবনা হৈজহৌদ্রে ।

যুধি—য়াইমা ! নচানা হায়রিসিবু কমদৌবা ?

ভীম—ভালো লোইরে—চংবতবু ওম্নবদি ইপলনা নতুং ইনগনি। কৌরব সোইরে। জয় মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী

ময়াম—জয়।

**লাইট ওফ**

"লম্বী"

ইশৈ—

হরিনা শিনবা শরৌবু
কনানা খংবা ঙমগনি
মানা শিনবা লানকমদা
কনানা চংবা ঙমগনি।
মাগী পুংলোন তুংইম্মা
জগৎনা জগোই শাবনি
সনা লুপা নাপননা
কনানা মাবু ফাগনি
থরাই হকচাং কত্তুনা
ভক্তিনা মাবু পুনগনি।

লাইট ওফ

## মঙা শুবা উৎপা

## "লানফম"

[ জয়দ্রথগী মথবাক্ত অভিমন্যুনা থাংনা থিন্দুনা তানশিল্লকপা ।]

অভিমন্যু—হা-হা-হা-হা কমদোই মামা। অঙাংনি হাইনা উশিত্তবা ! পাবুংদগী ঐবু য়াম্না হেন্না কিজৌ ! রামচন্দ্রদগী লব-কুশনা কয়া হেন্না কনখি থংদ্রা ? নিংথিবা হাইবা য়ারম্লবদি সি য়েৌনা চোপলোইদবনি । বাগনু নথরাইদি লৌবীররোই । ধর্ম্মনা জয় ! জয় ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা জয় !!

[ চেনশিনখ্রে ]

জয়দ্রথ—লাকচখ্রেদা— মহাদেবগী থৌজাল্লা ভীমনাচিংবা পাণ্ডবকী অকনবা পূন্নমক্তি মাইথিবা পিরগা অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যু অঙাং মাগী মথুত্তা জয়দ্রথ ঐগী ইগুন পূম্বা মাংখ্রে ।

[ দ্রোণ চংলকপা । ]

দ্রোণ—কদোরে সিন্ধুরাজ ! থুংলাই অমত্তা য়াওদনা নফম থাদোক্লুনা ?

জয়দ্রথ—গুরুদেব হঙ্গৎপদা ইকাইবা রানি অভিমন্যুনা লিরুং তেন থাং পূন্নমক ককথত্তুনা ঐবু নমথেক্কুনা লামলুং চংখ্রে । তান্নরসিরা হাইহ্নুনা গুরু !

দ্রোন—কাল্লদে চংলু নং ঐনা লোইদবা কৌরবকী তেঙ্গোন্দা মাগুম্ব

অঙাংনা কদৌনি : নথৌ থাদোক্নু । অতৈ য়েরুবা চংলক-পনা হান্ননি ।

জয়দ্রথ—অদুদি চৎচরগে ঐ মক্তি কনা য়াওদনা লোইথোকসিরা গনজবনি । ( চৎখি )

দ্রোন—ভীষ্ম লৈত্রে, মাগী মহুৎ ঐনা শিল্লি । মাদি নিপা থোকপগী অয়োবী উৎপ্রে । খুংলাই পাইরোই য়াশকপা শ্রীকৃষ্ণবু লানফমদা খুংলাই পাইহনব্রে । ঐসু জগৎগুরু হাইবা ইমিং খংহনগে হায়না মীনা খংবা ওমদ্রবা চক্রব্যূহ শারুরে— যুধিষ্ঠির ফাগে হাইদোকউরে । উক্ত ঘি হৈবা তারে । অর্জ্জুনমক মান্নরব অভিমন্যুনা ইরায় লায়না ব্যূহ চংলক্লে তেঙ্গোল অপূন্বা তোরা তুরে । হন্নুথংদা অঙাংগী মখুত্ত চোপলদ্রা ?

( দুঃশাসন ফিংন চংলকই । )

দুঃশাসন—গুরুদেব ! মাংব তারে অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যুনা তক-খাইদুনা তেঙ্গোল কাইদুনা চেন্নরে । রথা পূন্নমক মাইথিরে । লেংশিনবা খিনবিরবদি কৌরব মাংবা তারে ।

দ্রোন—ওহাক্তদা অসুক থুনা ওনবা লমহেনবা অঙাং লৈরমসনু ।

( দ্রোন চংখি দুঃশাসন ইন্নৈ । শকুনিন কোম্না দুশাসন ফাহৌই । )

শকুনি – ভাইথো কদাইদনো ?

দুঃ শাসন—গুরুগী তুং ইনগে মামা ।

শকুনি—ভাইথো ইল্লুনু হন্নুবসিগী মতুং ইন্দোগী মহুত্তা শিনিংজবদি

ঐগী ইতুং ইল্লকউ। থরাহ হিংনব চেলহৌসি।

দুঃশাসন—করি মামা ? ক্ষত্রীনবু লানকমদা চেনবা হৌনব্রা ?

শকুনি—বা—ক্ষেত্রী মচা! শিরমদাইদা চাং অমুক্তা য়েংনিংইদা। পংম্নে যুবরাজ ঐখোই পূম্নমক ব্যূহ মমুংদা থমজিল্লে চেনকমস্নু থংদ্রে। ঐখোইনা হাৎপরা হাইববু অশাং অসিনদুম মনিংতৌনা পোন্দা লৈরবা উচেককুম্না হাংলকইবা ঐনা হায়খিবা থাজৌ। ঙসি শিহৌদ্রবদি মতু দা ঐখোইনা ঙম্বস্নু য়াইনে চেংসি—

দুঃশাসন—করিগী চেনগনি। ঐখোই অনিনবু অশাং মাবু কিবা ? ইকাইবা রানি। চৎসি লাও মাবু মায়থিবা পিরুসি।

শকুনি—হাইবিরন্ যুবরাজ! ঙসিদি মামা হকচাং কয়া ঙমফাত্তে। মামা হল্লনমগে। মতুংদ চামারক লৈরি।

( চৎকে তৌবা )

দুঃশাসন—[ ফাদুনা ] পাংদেদা মামা। ঙাইখো—

শকুনি—করিনা নংনা ঐবু অততায়দোনা ? চৎনিংলগা নথস্তা মচৎখো। নংগী দমক হাইবীবনি। য়াদ্রগা তোকচো।

অভিমন্যু—( মমুংদা ) চেনগন্ পাপীশা লৈরম্ম্।

শকুনি—হাইরিঙৈদা লাকপনা হাল্লে-ঐখোই অনিদা তমলকলে।

( কম্না চিংদুনা পুথি। )

দুঃশাসন—( হন্না য়েংদুনা ) মামা !

[ চংথ্রে ]

( অভিমন্যু চংলক্কুনা )

অভিমন্যু—হায় দুঃশাসন! নংনা ইমা ইবেম্মা দ্রৌপদিবু কী মুন্দুনা সভা ময়াইদা ইকাইবা পিথি হায় নথুং অহু

কক্তুনা ইমাগী লমন খুমগে। খুৎলাই পায়য়ু মায়োক্লবা লাল তৌশি লাও।—শকুনি হায়বা ইকাইবা থংত্রবা। নংনা লৌনম্বা চৌবরদা পাবুংশিংবু হন্দা থাবা। নতিক লৈরবদি লাও অভিমন্যু মাংদা খুৎলাই পাইতুনা লেপলো—ফত্তবা নবুক অদো থাংনা থিন্দুনা হাৎলগ পাবুংশিংগী লমন খুমগে —হঁ। ওস্থাক্লসু ইকাইবা নাইদেদা – পাপী অনিসি চেনগে। ফৈ থিত্তুনা হাংখিনি।—করিনো পাবুং য়াইমনাচিংবা পাণ্ডবকী অকনবাশিংনা ঐগী ইতুং ইল্ল-কপনি। কনা অমতস্থ উদ্রে। জয়দ্রথনা থিংতুনা চঙকপা ভমদত্নুনা লৈরবরা ? খুৎলাইস্থ লৈত্রে। করি উপায় তৌদ্নুনা খুংলাই লৌক্লনি। জয়দ্রথ হাৎতনদি খুদাং চাদবা ভারে — উম মা হান্না হাৎপা ভাই।

[ চৎখি ]

দুর্যোা—অক্ষৌহিনী ১১গী অকনবাশিংনা অঙাং অমা ফাওবা হাৎপা ঙমদ্রব ? দ্রোনগী চক্রব্যূহ নত্তবা তৌশিন্নবনি। ময়াম পূন্নমক্ ঐগী ফনবা তৌবিবা অমত্ত য়াওদ্রে। মতম লেন্নবা তৌশিন্নবা ঙাক্লনি। পূন্নমক চৎখ্রবস্থ ইথস্তনা ইচা লক্ষন হাৎপা অভিমন্যুগী মথরাই লৌগে। কদাই লমহেল্লবা অঙাং ! দুর্যোাধন ঐগা লাল তৌসি লাও লোৎতুনা হিংলোই।

[ শকুনি, দুঃশাসন, কর্ণ, দ্রোন, অশ্বথামা মথং মথং চংলকই। ]

মামা অভিমন্যু কদোমদা লৈ।

শকুনি—তপথবিথো মহারাজ! নচা ইবুংঙো হাংখিবগী লমন মগাম্মা খুমথিগনি।

দুর্যো্যা—ময়াম ঐথোই ঐ পামজদ্রে। ময়াদ অমৃতগী রস কোক্তিব্রা অঙাং অভিমন্যুবু ময়ামসিনা পাবা ঙমদবা ওইথোক্কবনি। ময়াম লোইনা লেংবিশ্রো।

শকুনি—অভিমন্যুসি অমতনা পাবা ঙমদ্রবদি ময়াম চংতুনা হাংলোদনা? অমনা তেননা অমনা তা লংশন অমনা থাংনা অমনা গদানা ফুগাইরগা লোইরে। অতুদা ঐনা সেনাপতিদি নত্তবনিনা ব্রা চংপীরোই। খন্নরিঙৈদা লান্মীদি তুমদোরে।

দুঃশাসন—মানিনে মামা মতু থোক্কবা শিল্লসি। ঐথোয় তরেৎ চংদুনা হাংলসি।

দ্রোন—কৃষ্ণ কৃষ্ণ করি ব্রানোদা যুবরাজ! মী অমদবু ময়াম চংদুনা লাল তৌবা ধর্ম্ম নত্তে।

দুর্যো্যা—ধর্ম্ম! তরেৎ তা নত্তে। লিশিং চংদুনা হাংকদবনি।

অশ্বত্থামা—কৌরবকা মীচং ওইরুবদগী ঐথোই পৃম্নমক নরক তাগদৌরি। অঙাং অমদবু রথী তরেৎ চংদুনা ইকাইবস্থ নাইদেদা।

দুঃশাসন—গুরু নন্দন! য়াম্বুংনা হাইবদা ইনবীগদবনি কৌরবকী মঙ্গ—

অশ্বত্থামা—করি ধর্ম্ম লৈতবা পাংদবগী কাংবু! অঙাং অমদবু রথী তরেৎ চংদুনা হাংপা হৌনব্রা?

দ্রোন—তুমিন লৈয়ু অশ্বত্থামা। কুরুপতি! মী অমদা ময়াম চংদুনা হাংপা হায়গনু—ক্ষেত্রী মচাগী ধর্ম্ম নত্তে।

দুর্যোধন—খংজরে হাইবিরনু—ভাজনিংদ্রে ধর্ম্ম থর তৌবে ধর্ম্ম!

থর তৌরে ৱাশকপা ! ধর্ম্ম হায়বত্ন কদায়দা লৈ খোংপাক্লা কাওত্নুনা পতান্দ নমশিংগে। ধর্ম্মতনা ঐবু মাংহল্লে। ইবুধৌ ভীষ্মগী ধর্ম্মনা লাল লোইদনা ঐবু মাংহনবিরমলগা চৎপীখ্রে। হৌজিক অমুক গুরুদেবগী ধর্ম্মনা দুর্য্যোধন ঐগী লৈজবা পূম্বা তুমদোরে। ইশাগী য়েংহুনা য়েক্লববু মাংহনবদা করি অফ-ফত্ত ? করি ধর্ম্ম ? ঐগী পক্ষদা লেপ্তুনা সেনাপতি ওইবিরগা খংনা খংনা উনা উনা ঐগী মাংনবা ওইবসিবু করম্বা ধর্ম্মনো ? কান্নদে—তাবিয়ু কৌরবকী লাম্মী অপূম্বা -দুর্য্যোধন ঐগী পক্ষদা লেপ্পিগে হায়রবদি পূম্নমক থৌরাং লোইবিরা ঐখোয় পূম্নমক মতম অমত্তদা ইচা লক্ষনা হাংপা পাপি অভিমন্যুবু কোইশিন্দুনা হাংদবনি।

[ শাওনা চংলি। ]

[ দুঃশাসন ইন্নে। শকুনি ইল্লি। ]

দ্রোন—তপথখো মহারাজ। নচা হাংপা লমন থুমলসি। রথী তরেৎ চংদুনা হাংলসি।

শকুনী—মহুনিংন গুরুদেব ! ননাইনা হঙ্গংবা মনিং থুংনবা য়েংহুনা য়েংহুনা মশিনবিয়ু। লেংশিল্লসি থর থুনা লোইশিনসি।

দ্রোন—কোইশিল্লো রথী তরেৎমক অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যু হাংনবা থৌরাংলো।

[ চংখি ময়াম ইন্নখি ]

কর্ণ রথী তরেৎ চংদুনা ? ময়াদা অমৃত রস কেক্তিবা অভাং অমদা ? রথী তরেৎকী মহুংদা বর্ণম্ন য়াওরিবা ? পাণ্ডবকী

ভাংলবা, মুংশিরবা মচা হাংৎপদা কর্ণস্থ ? ভগবন ননাইবু ঙসি ফাওবা ধর্ম্ম লৈত্রবা লান্দা হিংহ• নিরিবা মুংশিবা ইচা হাৎনবা ওইরেকো ! তোনম্রেদা বর্ণগী মপোক। ইবুংঙো অর্জুন লাকও পাপ চেল্লবা নয়াম্বগী ঙক কল্লরো ইমাগী য়াথং ঙাকচরগে। অাঁ নিংঙমদেদকো ইমা ! অপোকপী ইমা মশকখংজরমলবদি ইনাও পার্থবু হাংকে য়াশকলম্মোই। কর্ণ লৈবা ঙমদরে—কর্ণ ঐগী হঙ্গৎনা চেল্লবা মতমগী ইচেল থিংবানবা কনা লৈজত্রেনে ইমা !

[ চংল্রে ]

অভিমন্যু—[ মন্নুংদা ] চেনগনু ধর্ম্ম লৈত্রবা রথীশা ! খুংলাই য়াওব্রবা অভিমন্যু ইমাংদা লেপ্প্নু !

[শকুনি তুংহম্মনা চেম্মোরক্কনা য়েংতুনা লৈরিঙৈ--দুর্যোধন, দুঃশ স। চেল্লক্কনা। ]

দুর্যো—করম তৌসিগে মামা ! করি উপায়না অঙাং অসিবু হাংসিগে ? ঐনা কল্লবনি হায়রিবা লাম্মী মহারথীশিংবু জয় তৌদুনা অঙাং মাগী মমাংদা লেপ্পা ঙম্মদরে।

শকুনি—মাগুম্বা অঙংনা কয়া কুইনা হিংনি মহারাজ। হাংকদোবা ঐখোয়না চেন্দুনা শিদ্রি। অদুদা ঐখোইনদি হাংপীদ্রে কমদৌনদি শিনি মহারাজ ! রথী ময়াম চংদুনা মাগী লৈজবা খুংলাই পুম্নমক্তি ককংতুনা মাংহল্লে। খুংলাই য়াওব্রবা অঙাং অসিগী মঙক অসি ককপীনবদি কনা য়াওরি ?

দুর্যো—চুম্মী মামা। ময়াম্না ককত্রবসু ইথুৎমক্না কক্কনা ইচা লক্ষন হাত্তুনা ঐবু অরাবা নিবা মাবু হাত্তুনা মপা

অর্জ্জুনবু অরাবা পিগে। লাও মামা লালশংদা চৎতুনা খুংলাই লৌরুখিসি।

[ চৎখি। ]

দ্রোন—হুঁ—ধর্ম্ম ভাকপা ভমদ্রবা লানফমদা কয়া কুইনা লৈখিনি। অশ্বত্থামা! লননা কাখিতুনা পাংদ্রবা মীগী মতৌগুম শিবা ভাইতুনা লৈরে?

অশ্বত্থামা—ননাই লৈজরি গুরুদেব! মা য়াথংতা তাকপীয়ু মা ম গুম্বনা কা প হেন হেন্না পংচং চংপা য়াব্রা?

দ্রোন—তপথৌ অশ্বত্থামা! ধর্ম্ম অর্থ কাম ক্রোধ মরি অসি অমনা অমবু মাংহন্দ ধর্ম্মনা মরু ওইনা নথৌ তৌ। ঐখোইগী লাইবক্তা তম্বা অমা লৈরম্লগনি লাও চংসি।

[ চংখি ]

[খুংলাই য়াওদ্রবা অভিমন্যুবু জয়দ্রথনা ইন্দুনা পুশল্লকপা]

জয়দ্রথ—অ-হা-হা-হা কমদৌই অভাং নং কদায়দা চেনগনি।

অভিমন্যু—হঁ চেংবা সিন্ধুরাজ! পাণ্ডবকী মচানা লান্দা চেনবা? খুংলাই লৈত্রে খুংলাই ভহাক্তা লৌরুগে সিন্ধুরাজ!

জয়দ্রথ—লমনুংদা চংখ্রবা ভানা করমনা নানথোক্কনি। থোং ঐনা ভাকলি। ঐগী ইথুত্তগী নং করম নাম্থোক্কনি?

অভিমন্যু—মুংশিহৈতেদা নখোয় অসে। নচাগা মান্নবা অভাংনি। কৈদৌগে ভহাক্তসু ঐবু মুংশিবিবা য়াইনা? খুংলাই অমুক্তদি লৌরুখিগে ধর্ম্মগী লাল তৌসি। ঐবু মুংশিদ্রবসু ধর্ম্মবু মুংশিবিয়ু।

জয়দ্রথ—হা-হা-হা ধর্ম্ম! লিন মচাবু ইচংগুম মুংশিবা। শিনিং-

ত্রবদি ঐগী ইনাক্তগী থুনা চৎথোকখো।

ভীমগী মখোল :—

অভি! অভিমন্যু ইপা লাক্লে য়ারমু।

অভিমন্যু—য়েংউ সিন্ধুরাজ! পাবুং য়াইমা লেংলক্লে। খুংলাই অমতং লৌজগে ঐবু ঙহাক্তা থাদোকউ।

[ চংকে তৌবা জয়দ্রথনা ইন্দুনা ]

জয়দ্রথ—হা-হা-হা ঙম্লোইদবদা লমহেনগনু।

অভিমন্যু—পাবুং! নচাগী থুক্ত খুংলাই য়াওদ্রে থুনা লেংলকলো খুংলাই অমত্তা পিবিয়ু।

জয়দ্রথ—হা-হা-হা-হা

[ মনুংদা ইনশিনথি ]

কর্ণ— [ গদা লৈনা চেস্থোরক্লুনা ]

য়েংউ অভিমন্যু নংগী পুন্সিগী অরোইবা—।

( গদা লংলগা য়েংহুনা হুংঙাইনা চংথে )

জয়দ্রথ—( থোরক্লুনা ) কনথ্রেদা অঙাং! হুজিক নং কদাইদা লিংকনি। লাম্বল মনুংদা চংলবা কৈ মচা! নমহুনা ফারগা নথমাই লৌবা। লাক্লগে লমন খুমগে য়াংলি—সিনস্থ পেনদ্রি—

( ভীম চংসকপা। )

ভীম— অভি—অভিমন্যু ইপা লাক্লে।

জয়দ্রথ—কদাইদনো বৃকোদর! ভীমগী যমন' থোং ঙাক্লি খংদ্রা?

ভীম— সিন্ধুরাজ! ঐবু ঙহাক্তা থাদোকউ। তু য়েংউ খুংলাই য়াত্তদ্রবা অঙাং অসিদা ময়াম কোইশিন্দুনা লাল তৌরিবসে

ইচাগা অমুক্তা উনজগে। থুনা থোরক্তুনা ভীমগী কোকসি নঙোন্দা পিগে। ঐনা হায়জরি ভীমনা নংঙোন্দা চংক্লরি ঙহাক্তা থাদোকউ।

জয়দ্রথ—হা-হা-হা বৃকোদোর। ক্ষেত্রী মচা মান্দদা ল নক্নদা নমান্নবদা হায়জবা? নপাঙ্গল নথোনা উৎলুনা?

ভীম— করি পাপী! লাইগী নোংদমদগী ঙসিদং নমাই পাকচরগা অত্থক নাপল তোৌবা শারি—

অভিমন্যু—[ মখুংদা ] পাবুং খুৎলাই অমত্তা থুনা পিবিয়ু ধর্ম্মগী লাল নত্রে।

ভীম— অভি—ইপা লাক্লে—

জয়দ্রথ—চংবা য়ারোই হাইরিমক্তদা লম হেনগ্রেদা—[ ইনথোকপা ]

ভীম— অভিমন্যু—ইপাগী অভি।

জয়দ্রথ—আ-হা-হা-হা-

[ জয়দ্রথনা খেন্না নোক্তুনা ভীমবু লোংনা ইনথোকাগ্রে। ]

(কর্ণ চংলকপা)

কর্ণ— য়েংবা ঙম্মক্তে তাবা ঙম্মক্তে। মুংশি হৈতবনা থগ্লে কৌরব! অঙাং নরা অমদবু ময়াম চংতুনা হাৎপা? মতুদা কর্ণসু শরুক য়াবা? অঙাংনা কনা? ইচা!— ইমা! ইমা! নচানা পেন্না কৌজগে--পাণ্ডব পোকপী! ইমা ইবেম্মা! ঙসি ইচা অভিমন্যু হাৎপদা কর্ণ ঐসু য়াওরি। মচা হাৎপা কর্ণগী পাপ মুমিৎ থানা পাল্লিমথে কোক্কদব নৈত্রে। মতম অমদা ইনাও মঙানা পংলূকপদা ঐবু মথোইনা করি হাইগনি?— ইচাগী মুংশিরবা থোগ্লেম্মা “খুৎলাই

য়াওদ্রে খুৎলাই অমত্তা পীয়ু" হায়ববু কর্ণনা তাহ্না মুংগী মুর্ত্তিগুম লেপ্তুনা য়েংলি। — নংনা স্বর্গদগী কর্ণবু নপানি খংলক্লবা অথিবা খোন্না ইপাবু পেন্না চৈরবা কাওবদা কর্ণনা পেল্লরোই। বাসুদেব! ননাইগী অইংবা মকম লৈজদ্রে লৌশিনবিরো দয়ামর! কর্ণগী লম্বী হাংবিরো।

[ অশ্বত্থামা চংলকপা ]

অশ্বত্থামা—করি ভৌরি কর্ণ! অভিমন্যু হিঙ্গত্তুনা মী পুন্নমক থাংবা ওয়দ্রে। চেকশিল্লক্লগা নাথৈরব্রা শূদ্র মচা!

( চৎপা )

কর্ণ —ঐনা শূদ্র - নংদি ব্রাহ্মণ? ব্রাহ্মণগী কুলদা পোক্লগা তামসিক সুখগী ময়াইদগী ক্ষেত্রীগী মীনাই ওইতুনা অধর্ম্মনা নথৌ ওইরি? নংগী ব্রহ্মত্ব শূদ্রগী খোংপাক্লা কাওরি।

অশ্বত্থামা—( হন্দুনা ) করি শূদ্রমচা! ব্রা ভাংবদা কা হেনগনু— ঐসে জগদগুরু দ্রোনাচার্য্যাগী মচা অশ্বত্থামানি কাওরব্রা?

কর্ণ— হা-হা-হা-হা অশ্বত্থামা দিজকুলাধম মকম অসিদগী চৎথোকত্রো নশক অহু য়েংনিংদে— নত্রবদি—

অশ্বত্থামা—নত্রবদি করি?

কর্ণ— খুৎলাই পাইয়ুহ!

অশ্বত্থামা—য়েক্লবা কোন্না হাংকে শূদ্র মচা নং হান্না হাংকে।

[ অনিনা লানগী থৌরাং তৌনবদা শকুনি চেনশিল্লক্তুনা থান্নগা। ]

শকুনি—করিনো মহাবীর গুরুমচাগা লান্না সি য়ৌনা কল্লবাসিদা মীচং মশেল অমুক্তা ভপথবিয়ু। অভিমন্যু অমুক হন্না

হিংঙ্গত্তুনা দুর্যোধননা চিংবা 'ব্লথি পূম্নমক মাইথিবা পীহোরে। অনিনা লেংত্রবদি খুদক্তা লাল লোইশিনখিবা তারে। খরা থুনা লেংশি।

( দুঃশাসন তুং হন্না য়েংত্থনা কন্না চেল্লকলগা )

দুঃশাসন—মহাবীর মহাবীর! অঙ্গরাজ!

শকুনি—কদোরে যুবরাজ ?

দুঃশাসন—মাংলে মামা! নোংশাগী মশক ওইরবা অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যুগী মথুক্তা লাম্মী অপুন্বা মিকুপ মিকুপতা শিরে। য়াম্বুং মহারাজ মায়থিবা কংত্থনা ব্লাম্বহোরে। পম্বীরমু মহারীর! ঐখোই নৈকম থংদ্রে। করম্ব উপায় তৌরগা অত্তাং অসিবু হাংপীগগে ? হাংপীরো।

অশ্বত্থামা—হাঁ-ঐনা হায়বত্থনি যুবরাজ। ধর্ম্মনা জয় ওইবা হৌনৈ। গুরুনচিংবা ঐখোয় তরেংনা কন্না লাল শোক্লত্থনা লিরুং তেন দোলায়নচিংবা নৈত্রে অহুম ওইনমক থাং গদাতনা ঐখোই তরেংতা নত্তনা লাম্মী অপুন্বা মাইথীবা পীরে। অর্জ্জুনগী মচানা অর্জ্জুনদগী হেন্না কল্লি মাগী মথুক্তা গুসি কৌরব মাংবা শোইদ্রে।

দুঃশাসন—গুরুনন্দন! ননাই ঐখোইবু চানবীয়ু অতোপ্প' উপায় য়েংবীয়ু। পম্বীরমু লেংলশি—য়াম্বুং মহারাজ কনবিহৌ।

কর্ণ— লাও যুবরাজ।

[ময়াম মথং মথং চৎখি। ]

( অভিমন্যু ঈনা পুমতৈ তৈক্তনা খুংলাই অমত্তা য়াওদন' চৎপা গুমদনা তুরোই তারোই চংলক্তুনা ).

হা কৃষ্ণ ! মামা ইবুংঙো ! নমহাক্কী ইথৌনা লৈজক্রে । পাবুং পুতৃনা লেংবীরক্লে । ধর্ম্ম লৈত্রবা কৌরব মাংহনবীরবো ! পাবুং ! পাবুং ! নচান হন্না হন্না কৌজ্রবা তাক্রেদে—অকনবা নংগী নচাদি লৌনমলবা দ্রোনগী লাংদ তাত্তনা থোকফম থংদা চংফম লৈতা লমথাংদা মাংলে.দা ।

[ চংপা ঙমদা ফমথবা র'ন' ]

থংলে ঐগীদমক্ পাম্বোন তিংলম্বা কন। উদ শাংগে নাইত পূন্নমক অন্নাবা ইপাক্তা হুম্বরম, য়েক্রবা অপূম্ববু মুংঙাইবা ঈথক্তা তাওহল্লম্নগা পুন্সি থাওনৈ মুত্তুনা "অভিমন্যু" হায়রবা মীং পৃথিবীদগী ঙসি সোইদনা মাংগ্রনিদো ।

[ মুংশা মপী হেন্দুনা ]

হুম— হন্দকমুক্তি ঐগী হিংফম লৈত্রে কনানো মুংশিরবা খোম্থাংনা "অভিমন্যু ! অভিমন্যু"—ইমা ! লাইবকথীরবা নচাদি লাকফম থংজক্রেনে ইমা ! দ্রোনগী চক্রব্যূহ মঙ্গুংদা রথী তারেংনা কোইশিন্দুনা চখোকপা ঙমদনা থন্নাই থাবা তারেনে ইমা ! নংগী লুনা থমজবা মনিদো ঙসিদগী উগা ফংদবা তারেদো—ইমা ! লেঙকন্ন ধর্ম্ম যুদ্ধ নত্রে ক্ষেত্রী ধর্ম্ম য়াওক্রে ইমাবু ফক্রবা কাংবুনা অন্নাবা পিবদা নচানা কনবা ঙমজররোই নচাগী খুংলাই লৈজক্রে—পাপস য়াওক্রে, থুনহুম লেঙহনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন মপু মনাই থরা কৌবিরু ।

উত্তরা—উত্তরা —ইবেম্ম. !

নংস্থু রুক্মিগী মফম্মসিদা লাক্রি ? নংগী শিংথিরব শকফমনা ম য়াগী লম্বীদা চিংশিন্দুনা অভিমন্যুগী মথৌ কাওহল্লনু । মফমসিদা লাকমুনে ইবেম্মা ! লৈরম্মু ঐ লা'ক ।

ঐদি ইনাগী সেবা মতোন লোমলমদরে নংনা ঐ শকুনা ইনাগী সেবা তৌরকউকো।

[ ডাওনা চংকে তৌবা রথী তরেং চং শকুনা থংপা। ]

দুর্যো—নং কদাইদা লিংকনি ? নথৌনা উংখোদনা ? নথিক নেমনা থা লাম্বা থংলত্রা ?

অভিমন্যু—ঙহাক্তা ঙাইবিখো অকনবা রথী তরেংমক ! ঐগী ফিভম নখোইনা উরিবা অসিনিদো। শিবা তারবস্থ ক্ষেত্রী ধর্মতদি কাইহনবিনু নখোইনা খুংলাই পিয়ু হায়বা য়াত্রবনিনা কনানো অমতদি পাণ্ডবতগী খুংলাই সৌ-হনবিরু। গুরুদেবদি সেনাপতিনি। গুরুনা হায়রবদি সোইদনা য়াগনি। কনথৌরবা কর্ণবীর ! তগত্তা বীর অমনি নহাক্তি ! নংনা হায়রবদি য়াগনি। পাবুং মহারাজ ! নংদি ভারত বংশগী থাওমৈনি—ধর্ম যুদ্ধ তৌসি, ধর্ম ঙাকউ !

[গদা পাইদুনা দোষনবজ্র চংকপা। ফুবা অভিমন্যু য়াম্বা। ]

বজ্র—পেল্লে মুংঙাইরে নংবু হাত্তুনা ইনাও লক্ষন হাংখিবগী লমন খুমলে, বজ্র ঐনা নিংবা থুংলে। [ থোকখিবা ]

দুর্যোধন—ধর্ম ! আঁ—হা—হা—হা কমদৌই পাপি ! নংনা ইচা লক্ষন হাত্তুনা ঐবু অরাবা পিবা নংবু হাংলগা নাপা অর্জুনবু অরাবা পিবনা দুর্যোধন্না পেন্না চোক্কদবনি।

অ—হা—হা—হা—হা—

শকুনিনা—জয় দুর্য্যোধন মহারাজকী—“জয়”!

[ চংখি ময়াম ইন্নখি। ]

## লাইট ওফ

## “নম্বী”

## ইশৈ।

হে তাইবং অপংবা, করিগী অরোইবা খুণ্ডবা
নপা কনানা য়োকপা, নমা কনানা পোকপা
অচৌবা কনাবু কৌবগে, অপিকপা কন্নায়দা লৈবগে
তাইবং নংবু পোকপনা তাইবং শেম্মা মপুনি
মাগী য়াথং ইনবনা ভেংবানবগী মথৌনি।
অচৌ অপিক খাইরিবা শাগে জাৎ নাইরিবা
স্বার্থ তানবা য়াহৈনি, ভেংবানবগী চিন্নোলনি।
অফবা কর্ম্ম তৌরগা শাগে জাৎ ফবনি।
কত্তবা কর্ম্ম পায়রগা অতোনবা জাৎ ওইবনি॥

## লাইট ওফ

## তরুকশুবা উৎপা

## "লম্বী"

শকুনি—আ-হা-হা-হা নিংবা থুংলনি—নিংবা থুংলনি। কৌরব পরাজয়! কৌরব পরাজয়! মরু নিংথিনা ছনবা পোকখাইরে। দুর্যোধনগী মচিন মনাও চামগী ঈতনা হার হাপ্তুনা পান্বীগী মপুং ফাহনগনি। মখোয় চামগী ঈ মথং মথং চুপথত্তুনা দুর্যোধনগী ঈনা থিকপা অরোইবা মুমিৎ অহুদা নিংজবা পান্বীসি মপুং ফাহুনা শকুনিগী মুংভাইবা মহৈ চুম্মা য়ানগদৌবনি। মুমিৎ অহুদা দুর্যোধন্না ইপাগা লোইননা ঐখোয় ইচিন ইনাও চাম্‌বু ফাহুনা শুক্লবা কারাগার অমগী মন্নুংদা থম্লগা চেং মুং অমতা পীহুনা মী চামা মাথোইবু মুংশি হৈত্তনা ওৎহুনা চাদবা মক্কনা শিথিবা শকুনিভা হিংহৌবা কন্নিগীদমকনো? লমন থুম্নবা— ঐগী ইংথৌ ঐগী জীবনগী মহাযজ্ঞ দুর্যোধন মাংনবা শিনবা-আ-হা-হা-হা...নং কৌজিক কদায়দা লিংকনি? অভিমন্যু শিবদা ঐগী যজ্ঞগী মৈরী হান্নদগী শরুক অনি হেঙ্গংনা চাক্লনি। অভিমন্যুনা থী ওইরহুনা পাণ্ডবকী অশাওবা মৈরিদা দুর্যোধননচিংবা মচিন মনাও চামানা যজ্ঞগী শিং—শকুনিগী প্রতিহিংসাগী যজ্ঞ মপুং ফারগনি। হা-হা-হা-হা

[ চংথিবা ]

লাইট ওফ

## তরেৎশুবা উৎপা

# "লানশং"

ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণগী ফমফম, নাক-য়েৎতা যুধিষ্ঠির, ভীম, নকুল, সহদেব, সাত্যকি চিংবা ময়াম মরূলুকনা ফমই। অর্জ্জুন কৃষ্ণনা কোন্দুনা চংলকই।

অর্জ্জুন—ননাইবু কদাইদা পুবিরিবনো?

কৃষ্ণ— অশু ওবদৌনা—য়েংউ নমাংদা য়াম্বুং মহারাজনচিংবা ময়াম ফংলিবসে।

অর্জ্জুন—পাণ্ডবকী লানশং? নত্তে ইবুংঙো। শুকপ্রবা মোংফমনি। অসুক মমপ্রবা নফমসিবু পাণ্ডবকী লানশং? মাধব! নংাই ঐনা তারিবা মুংশিরবা খোঞ্জেনসে অতৎপা নাইদনা কৌবি—"হা কৃষ্ণ! হা মামা ইবুংঙো!" ঐগী ইচা অভিমন্যুগী মখোন—

কৃষ্ণ—হায়গনু ইতাও! অদুবু ওইবা হৌনবা?

অর্জ্জুন—মানি মানি অভিমন্যুনি। অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যুনি। ইচানা বথি তরেৎকা লান শোক্লরি—ধর্ম্ম লৈতবা কৌবব! অঙাং অমদা রথী তরেৎ চংবা! ইবুংঙো! ইপাগী ইবুংঙো অভিমন্যু! কিগন্ত ইপা লাক্লে—ইস রথি তরেৎপু ইচানা মাইথিবা পিরেনা। কল্লিদা ইবুংঙো! ধনঞ্জয় ঐগী ইচানি হায়বা পকইদা। করমনো করমনো গুরুনচিংবা রথি তরেৎ অমুক হন্না কোইশিনল্লে। মাংলে মাংলে ইচাগী মথুক্তা থুংলায় য়াওদবে অদি ইপা লাক্লে অভিমন্যু—

কৃষ্ণ—কদাইদনো ইতাও! কৃষ্ণ ঐগী ইমহাক অর্জুন নংগী নচাবু কনানা অরাবা পিবা ঙমগদগে? মীনা ঙাওরে হাইররনি; নংনা ঐবু।

অর্জ্জুন—করিনো জনার্দ্দন! য়াম্বুং মহারাজ! মরোল অহুম ঙন্নবা য়াম্বুং য়াইমা! নকুল সহদেব মহাবীর সাত্যকি নচিংবা পাণ্ডবকি অকন অকনবা লান্মী পূন্নমক! তুমিন্না লৈনহুনা পাণ্ডবকী লানশং অসি পুমচিক চিকল্লে। ঐগী ইচা অভিমন্যুনা কদাই? নিতিগীদি ইপু ইনাইনা হন্নকপদা য়োৎখ্রিবিনা ননাই ঐগী লিরুং তেম্নাচিংবা লৌশিন্নি ঙসিদি কদাই ইচাগী মশকস্ত উন্দ্রে।

কৃষ্ণ— ইতাও নংগী চিংনবা পূন্নমক কোকনবা য়াম্বুং মহারাজদা হংজো।

[ পুশিনবি ]

অর্জুন—কদৌবিরবগে য়াম্বুংনচিংবা পাণ্ডবকী অকনবা পূন্নমক্না লু লুক্কুনা লৈবীরিবসিবো? করিনো ঙসি অর্জুনবু উবা মী পূন্নমকনা মাই লৈথোক্কুনা থৈদোক্কুনা লৈনরে— তাকপীয়ু য়াম্বুং! ননাইগী চিংনবসি কোকহনবীয়ু।

ভীম— ইবুংঙো! ইয়াম্বগী ইবুংঙো ধনঞ্জয়! গাণ্ডিব পাইথংলু। ইয়াম্বগী ঙকসি কাক্লো। নয়াম্বা হাৎপগী পাপ ফংলন্নু। ঐনা ইচা অভিমন্যুবু ধর্ম্ম লৈত্রবা রথী তরেংনা কোইশিন্দুনা......

অর্জুন—হায়বিরন্নু-অমুক হায়বিরন্নু—থংজরে ঐ থংজরে অভিমন্যু! অভি! অভিমন্যু!—

( রাম্বা )

যুধিষ্ঠীর— ইবুংঙো ! ইয়াম্বগী থর়াই ওইরিবা।

( অর্জ্জুনবু কোনবা )

[ কৃষ্ণনচিংবা ময়াম চংহুনা লাইকম্নবা ]

ভীম— ন্নংঙাইবিরো লৌনম চাওবা কেশব ! ময়াময় মাধব ! পেনবীরে়া—গদাধর গদা পায়বিরো। চক্রপানি চক্র পুথোকপিরো ভীমগী ওকসে কক্পীরো। কৃষ্ণ ! নংগী লৌনম পূম্বা খংজরে। লৌনম অচু ভীম ঐঙোন্দদি চংবা য়াররোই।

অপংবা মক্ষম থিহুনা লৌনম তৌবিরুরো। ভীমনা লৈবা মক্ষমদদি কৃষ্ণ অমগী লৌনমদি হাইরুম্মু কৃষ্ণ লিশিং লিশিংনা কৈস্নু তৌবা য়ারোই। ইবুংঙো নংগী ছলনানা পাণ্ডবকী অকনবা কয়া হাংতোকপীরে ওসিনা ইচা অভিমন্যুবু লৌনম তৌহুনা মাংহনবীরে। মীং থীংনা য়েংবিরো। ননাই ঐখোই মঙাবুস্নু থম্মীরমু দয়াময় !

শ্রীকৃষ্ণ—হাঁ-দাদা য়াইমা ! ঐঙোন্দা শাওব্রিবসিবো ? অভিমন্যুবু ঐনা হাংবুম্মদনা ? মাগী পুন্সি লোইরহুনা চৎগ্রবনি। নং ঐনা পাম্বা ওমত্রা ?

অর্জ্জুন—( হোগংলকপা ) অভিমন্যু !—অভি ! ইপাগী ইবুংঙো ! অভিমন্যু ইপাবু থাদোক্কনা চৎলে ? নংগী থাগা মাম্নরবা শকক্ষমদো উবা ক্ষংলরোইদকো অভিমন্যু—অভি ইপানা পেল্না কৌগে।

কৃষ্ণ— কপ্পন্নু ইতাও ! অত্তাং ওইরবা ইমহাক অভিমন্যুতন্নু ক্ষেত্রী ধর্ম্ম ঙাক্কুনা শিবা ঙমপ্রে । মুংশিরবা নচা হাংখিবগী লমন খুমগেদি হাইত্রদুনা তেংথাদুনা—

অর্জ্জুন—ইচা হাংপা ? কনা ? ইবুংঙো ! অর্জ্জুন ঐগী ইচা অভিমন্যুবু হাংপা কনা ?

কৃষ্ণ———নচা হাংপা মীদু ঐনা তাক্লগবু হাংপা ঙমগদ্রনে ইতাও ! থাজ্জদে ।

অর্জ্জুন করি হাইবা কেশব ! থাজবিদে হায়বিরিবা ? খান্দব বন মৈ থাদুনা সোরারেননচিংবা লাইকোটি ৩৩বু মাইথিবা পিদুনা অগ্নিদেবনা পেনবিদুনা মহারথ দোলায়গা, গাণ্ডিবগা পিনপ্রবা । স্বর্গদা কালক্যয় হাত্তুনা সোরারেন্না কির্ত্তি লুহুপকা, ইন্দ্রথর্গ পিনপ্রবা । দ্রৌপদী স্বয়ম্বরদা নিংথৌ লক্ষা অনিবু মাইথিবা পিপ্রবা । মহাদেববু পাঙ্গন্তনা ঙমদুনা পশুপাত্ত তেনবু ফংলবা । অসিগুম্বা অর্জ্জুন ঐগী ইচাবু হাংপ্রবদা ইচা হাংপা লমন খুম্না ঙমলোই ? তাকপিরো প্রভো ! ইচা হাংপা কনানো ?

কৃষ্ণ—ইতাও নংগী নচা কৃষ্ণ ঐগী ইমহাক অভিমন্যুদো মীনদি রথী তারেং চংদুনা হাংলি হায়বা । নত্তে—দুমিং তারবদা লাল ঙমদুনা থোরকপদা সিন্ধুরাজ জয়দ্রথনা থোং থাদোক্কদুনা নমদুনা হাংপনি ।

অর্জ্জুন—জয়দ্রথ ! সিন্ধুরাজ জয়দ্রথনা ! অর্জ্জুন ঐগী ইচা হাংপা ? হা—হা—হা—হা নৈরন্মু পাপী !

কৃষ্ণ— (খামদুনা) কদাইদনো ইতাও! হৌজিক অহিংসা ধৰ্ম্ম নত্তে।

অৰ্জ্জুন—ধৰ্ম্ম! ক্ষেত্ৰা ধৰ্ম্ম লৈত্ৰে। থুংলাই য়াওদবা অভাংদা রথী তরেৎ কোইশন্দুনা হাৎপদি ধৰ্ম্ম? অহিংসা লাল তৌবদি করিগী ধৰ্ম্ম নত্তনি থাম্বিরম্ু।

কৃষ্ণ— ভাইখানে ইতাও! নংনা জয়দ্ৰথবু হাৎকে হায়রবদি ঐগী ইমাংদা রাশকউ।

অৰ্জ্জুন—রাশকপা প্ৰভু? তাবিয়ু ইবুংঙো অৰ্জ্জুন ঐগী রাশক— নুমিৎ থানাচিংবা পৃথিবীদা লৈরিবা অচৎ-চত্ত জীব পুম্বা তাহৌ। হয়েংগী নুমিৎ থোকপদগী নুমিৎ তাবা ফাওগী মনুংদা তেন ভামতনা পাপী জয়দ্ৰথবু মস্তক কক্‌না হাৎকনি। তমদ্ৰবদি—ইপারোমদগী পুরোন তরেৎ ইমা-রোমদগী পুরোন তরেৎ দ্ৰৌপদী শাগৈদগী পুরোন তরেৎ পুরোন কুনমাথোইগা লোয়ননা নুমিৎ থানা পাল্লিবা মথৈ "গোকৰ্ণ" নরোক্তা তারগে। সিদগী হেন্দোক্‌না পাপ ময়ামসি পুদুনা মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা অৰ্জ্জুনগী থরাই থাগে। সত্য সত্য সত্যনা সাক্ষি ওইসনু।

কৃষ্ণ— লাও ইতাও— (কোম্বরা)

জয় যুধিষ্ঠির মহারাজগী—

ময়াম— জয়!

*Interval*

অনিশুবা মতাং

অহানবা উৎপা

"বিরাট কোনুংগী কা"

নারদ ফম্মি, সুভদ্রা ৱাম্নহুনা লৈ।

দ্রৌপদীনা লাইকম্নরম্নদগী—

দ্রৌপদী—দেবর্ষি! ঐখোয়গী লাইবক ফবনা ঙসি নহাক্কী দর্শন ফংজরে। অহুবু অৱাবদি মতিক চাবা পাদ্য অর্ঘ্য কত্তুনা পূজা কচ্চগদৌবদা নহাক্না পুত্তমত্রবা অৱাবগী পাউ অমা পুথীরকপদগী তেংথাখোননা নহাকপু স্বাগত তৌজরিবা ঙাকপিয়ু দেবর্ষি!

নারদ—নারায়ন নারায়ন!

দ্রৌপদী—কুরুক্ষেত্রগী লাল অসিবু ধর্ম্মযুদ্ধনি হায়বদাই দেবর্ষি! ব্রাহ্মনসু ওইরবা অহলসু ওইরবা দ্রোন হায়বহুবু দুর্য্যোধনগী মীচঙদা লৈবদগী মশাদা ধর্ম্মনি হায়বা মচেৎ অমতা য়াওখিত্রবরা? ইবুধৌ ভীষ্ম লৈরম্মবদি অসিগুম্বা অন্যায় যুদ্ধ অসি তৌরম্মোইদবনি। ধর্ম্ম লৈতবা ইকাইবা খঙত্রবা দুর্য্যোধন! ময়াদা অমৃত রস কোক্তিুবা অঙাং অমদা অকনবা রথী তরেৎ চঙহুনা হাংপা। কুরুক্ষেত্রগী লালফমদা কৌরব পাণ্ডব লোইনা তুমত্রবসু পক্ষ অনিংক্কী পিণ্ড পিরকদৌবা নচা অহুবু মুংশি হৈত্রবা লাললোংদা ইচাবু হাংপা? ঋষিবর! কৃপা তৌবিহুনা ঐখোয়বু

কুরুক্ষেত্র তান্না অমুক্তা পুবিয়ু। মপাবুংশিংনা ইচা হাংপগী লমন খুমদ্রবসু ঐনা ইচাগী লমন খুমগনি—পাপী দুর্যোধন মথরাই লৌগনি। দুঃশাসনগী মথবাক্তগী ঈ লৌরগা ঐগী বেনী থোকনি। ঋষিবর। ঐখোয়বু পুবীরো।

সুভদ্রা—ইমাগী ইবুংঙো! নঙ ইমাবু থাদোক্লুনা কদাইদা চৎলে। অভি ইমাগী অভি। ইচাগী মুংশিবা শকফম অদু অমুক হন্না উররোইকো! ইশানা নঙবু থাদ্বদা ইমা ঐচত্তবা য়াদে হায়রবদি কুরুক্ষেত্রদা নহাক্কী শমশান লৈ হায়রিবোয়রে। তাইওন্নবা জগৎ! মচা কায়নরবি মমাগী অরাবসে উরগা মঙদি মুক্তাইরিমি। মতম চাদনা লাই খুয়া তানখিগদোবা অসিনা ওইরেকো ইমাদা নিঙমদবা য়াহৈ কয়া হায়রম্বদো।

তাকপিয়ু ঋষিবর! নচা নত্রবদি ব্যুহ চঙবা তুপ্ত কনা অমতা পাণ্ডব পক্ষদা য়াওদ্রবরা দেবর্ষি। মপাবুং মঙামকসু অরাবা তারবরা? গোবিন্দসু দ্বারকা লেঙখ্রবরা? ইচাবু কনা লৈতবদৌনা অদুক মুংশি হৈতনা লাকচনা তৌখিবদে!

নারদ—মপাবুংশিং অমত্ত তেক্ক কায়ত্রি, গোবিন্দসু নবুঙোগী রথ থোঙ্গুনা অদুম লৈরি। নীংশিংলুরগা ওন্থোক্লা মিঙমখিত্রে ইবেম্মা! পুম্নমক উরিবা খঙলিবা ইবুংঙো মানা থোকহল্লিবা ঙাক্কনি। যুধিষ্ঠির মহারাজ কাগনি হায়দুনা দ্রোণা চক্রব্যুহ শারে, ব্যুহ চঙবা ঙম্বা নবুঙোবুনা গোবিন্দনা থাপ্না পুথোক্লুনা নারায়নী তেঙ্গোললগা পাইরে। দ্রোণা

মপাবুং মহারাজ কাগনি হায়দুনা রাশকই তাবদা নচা ইবুঙোনা ব্যুহ থুগাইগনি হায়গুনা ব্যুহ চঙলে, রথী তরেংকা লাল কম্মী তৌরে । মথুত্তা থুংলাই লৈরকখ্রা মতমদা অঙাং অহুনা হা মমা ইবুঙো, হা ইপা ইবুঙো ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু হায়দুনা কয়া লাউরমখে । নরায়নী তেঙ্গোল থেংন--থেংনন্য মচাগী খোঞ্জেল তাবদা মচাগী মনাক্তা চেনগে তৌবদা গোবিন্দনা মাগী পাঞ্চজন্য কম্না খোঙ্গত্তুনা মচাগী খোঞ্জেল তাহন্দবা, মচাগী খোঞ্জেল নত্তে হায়জিন্দুনা অঙাং অহু কানা শিঞ্জেদা ।

[ উত্তরা লাকপা উত্তুনা । ]

সুভদ্রা:—য়েংবিয়ু ঋষিবর লাক্লিবী তনৌরবী সুখী মচানে। গর্ভদা ইচাগী হৈরুসি তমরুবনি। মানা পাউ অসি তারগা তইরগদৌবা ফিভম ননাইবু করম য়েংউ হায়বগে ? চহি তরামত্তাত ডাক্টরিবী মহাক্তা লাইবক্তগী শিন্দুর করমা মুথৎকদগে।

( তপ্পা তপ্পা উত্তরা চঙকই । )

উত্তরা—কৈদৌরিবগে ইমা ! দেবর্ষিমা করম্বা পাউ পুরকপগে। তসি তেংথাখোক্তনা বিরাত কোম্বুং নিল্লিবা অসিবো !

সুভদ্রা:—সাউ ইমা ! দেবর্ষিনা পুরকপদা নবুংতোগী মুঙাইরবা পাউ অসি তারো লাও । মীনম্বা সংসারগী মাক্কা থাদোক্লনা নবুংতোদি শান্তিগী তম্পাক্তা পুন্সিগী অয়োইবা মাহিপ তানথরে।

উত্তরা—করি হায়বা ! ঐগী ইবুংঙোবু অরোইবা য়াহিপ......।

[ বাম্বা সুভদ্রা ঙাশিন্দুনা কোনখৎলি। ]

দ্রৌপদী—পেল্লো কেশব নঙনা শাম্নরিবা লিলা ঙাক্লি। মচা কায়নরবী মপুরোইবা শেংনরবী সতীশিংগী ক্কজরবা নাটক অসি মিং পেন্না য়েংবিররো মুংঙাইবিরো।

[ উত্তরা তপ্না তপ্না হৌগৎলকই। ]

উত্তরা—ঐগী ইবুংঙো লৈত্রবা ! উত্তরাগী মবুংঙো শিরবা। ইমা ! অমঙ্গলগী খুদম ঙাক্লা উই ইবুংঙো চংহনবীখিনু হায়জ-বহুনীদো। অহুবু ইমানসু ইবুংঙোনসু ঐনা হায়জবা ভাখিদে, হৌজিক্তি ঝরি থোক্লে। ইবুংঙো ইবুংঙো ননাইবু ঙাইবিরমখো !

[ চংকে তৌই, সুভদ্রানা খামই। ]

খান্দীরগনু ইমা ! জাহ্নবীগী ইংলবা গর্ভদা ঐগী মৈচাক অসি মুংচপ্রগে। হে বসুন্ধরা ! ইমা নহাক নত্রা? নঙম্পাক্লা কোনশিন্দুনা জানকীগী অন্নাব-মৈচাক মুং-পিখিবা। চেকখায়রো ! লাইবক থিবী উত্তরাবুসু নঙম্পাক্লা লৌশিনবীহুনা পুঙমত্রবা মৈচাক অসি মুথৎপিরো। হে সোরারেনগী বজ্র ! লাকও লাইবক থিবীগী কোকথক্লা ভাহুনা উত্তরা হায়বা মিং অসি পৃথিবী অসিদগী মুথৎপীরো।

নারদ—হায়গনু সতি ! আত্মঘাত হায়বসি মহাপাপনি। অহুগীসু মথক্লা নহাক্তি নশানথঙ্গনু নত্তে ভারতকী চাওরবা বংশ

অমগী পিগু পিরগদৌরিবা মীশক অমগী মমা ওই-রগদৌরিবনি। পোকপা শিবা চপ মান্নবনী। রাগম্ব! লাউ ঐগী ইতুং ইল্লু নখোয় পূম্নমক কুরুক্ষেত্র তাম্না পুগনি। পোকপা শিবগী মপু ওইরীবা ভগবান মাগী মফমদা নখোয়না হায়নিংবা হায়েজরো। মহাক্কবু নীংলবদি অশিবস্থ হিংহনবা ঙমই। শেম-শাবা লোইরো ঐস্থ দ্বারকা য়োদবা য়াদ্রি, ননস্না ইবেম্মাশিংদা পাউ অসি পিরুদবা য়াদ্রি। নারায়ন! নরায়ন! নরায়ন!

লাইট ওফ

অনিরুদ্ধ উৎপা

"লম্বী"

ইশৈ শক্তুনা নারদ চঙলকই।

ইশৈঃ—

গোলোকী মবুঙো শ্রীহরিনা
মর্ত্তধামদা লেঙহনা
শান্নরে মধুর রস
গোপীশিংগা লোয়ননা।
থাদরম্রে অন্না-ঈপাক্তা ব্রজ গোপীশিংবু
কায়না মৈচাক্না ঙাওহল্লম্রে
নন্দ যশোদাবু
দ্বারকা তান্না লেঙলক্লে শ্রীহরি
শান্নরে বীররস নর নারায়না !!

নারদ—নারায়ণ ! নারায়ণ ! লীলাময় ! নংগী লীলা অঙকপনি। খঙগে তান্নরূপগা থোইনা হেন্না ঙকফম ওই। শেম্মী, ঙাকই মাঙহল্লী অমবু নোকহল্লী অমবুনা কপহল্লী। কুরুক্ষেত্রদা ঙসি ধর্ম্মগা অধর্ম্মগা থেংনহল্লী। লাল অসিদা ভগবানগী উদ্দেশ্য অনীনী। ধর্ম্ম লৈবা মাই-কৈনা জয় ওইহনবা অমা অনিঙবনা পৃথিমাতাগী ভার থর কোকহনবা মী থর শিহনবা। অভিমন্যু লৈরবদি মুখিং ভরানিপান্নী শোকুগদোবা ভারতকী লাল নোংমতদা

ঙোইখিবা তারে প্যাণ্ডব পক্ষগী মী য়াম্না লৈহৌবা তারে হায়রুনা অমতা ভাইরবা মচল ইবেম্মা সুভদ্রাগী অমত্তা ভাইজরবা মচা অহুবু অন্যায় যুদ্ধদা মথরাই মাণ্ডহল্লী। লক্ষ্মী সরস্বতীনা থৌগল তৌরুনা পোলুক্কা হুংজাইনা লৈগে হায়দুনা নরাবতার তৌরুনা মীওইনা পোক্লরবনীনা মীওইবনা কংবা-অরা, অনা মৈচাক থরা কংহনবানা চুমই। মাস্তদেশ তাম্র কত্তুনা থর নৈহল্লুনবা শিল্লুরে। অশিদগীদি দ্বারকাদগী লৈমা কাণ্ডব্ অমা পুরক্লগা মকোক থর ভাওহনগে। নারায়ণ! নারায়ণ!

[ চংখি ]

## নাইট ওক

### অহুমশুবা থৌপা

### "কুরুক্ষেত্র-লম্বাং"

শ্রীকৃষ্ণ হয়ং হন্দা চত্তুনা রাথল তৌরম্মী।

শ্রীকৃষ্ণ—অভিমন্যু শিরে, ঐগী পোরোল অমদি কাইত্রে। অহুবু অনৌবা রাক্ষম অমনা ঐগী কোক অসি অমুক শাহল্লে। ঐনা থৌজিনবদগী ইতাও অর্জুননা হয়েংগী সুমিত্তা জয়দ্রথ হাংকনী হায়রুনা রাশকত্রে। মাগী রাশকপা কায়রবদি মৈশী কুণ্ডদা চোংথরুনা মথরায় থাগনি হায়রুনম্নু রাশকত্রে। অসোমদা দ্রোনাচার্য্যনা জয়দ্রথ কনগনি হায়রুনা রাশকত্রে। বিপক্ষদা লৈরব ৮৮ দ্রোনদি মাগী ধর্ম্ম ভাক্না চংচবতনী,

ঐহাকপুস্থ মতম পুন্নমক্তা কাউজদবা ইনাইনী, মাগী রাশক করম্না কায়হনগনী। লুখ্রেদা (ওহাক থল্লী) উম্— লিনস্থ শিনবা চৈগুস্থ তেক্তনবা খুজিল অমা তৌরগে। হয়েংদি মুমিৎ তাগদৌবা মতম থর লৈরিগৈদা সুদর্শন চক্রনা মুমিৎ খুমজিন্দুনা সন্ধ্যা ওইহল্লগে। মুমিৎ তাবনা হানখে অর্জ্জুনা জয়দ্রথ হাৎপা ওমহৌদ্রে হায়রগুনা দ্রোনগী রাশকপা থুংহল্লগে। মুমিৎ তাখে অর্জ্জুনগী রাশকপা কায়রে হায়রগুনা জয়দ্রথস্থ হংরাউনা চোংথোকললুসনু মতম অদুদা সুদর্শন চক্র কৌশিন্দুনা মুমিৎ হাংদোকহল্লগা মুমিৎ তাদ্রি হায়রগুনা ইতাও অর্জ্জুনবু জয়দ্রথ হাৎহল্লগে। অস্মুনা অনিমক্কী রাশকপা থুংহনগে। [অর্জ্জুন চঙলকই]

শ্রীকৃষ্ণ—ইতাও ঐ লাক্লে পোখাক্লরশি।

অর্জ্জুন—পোখাবা লেঙশিনগদৌবা নক্রে ইবুঙো। ঙসি অহিংদি চেপ্পা য়াগনি নীংক্সে।

শ্রীকৃষ্ণ—কৈদৌরবগে ইতাও।

অর্জ্জুন—বিরাটগী মচল ইবেম্মনে কৃষ্ণানে উত্তরানে লাক্লুনা য়াম্বুং মহারাজ, য়াম্বুং য়াইমখোই লৈকম খঙহৌদ্রে। লোইহৌরে। ননাই ঐ মখোয়না কপ্পা তাবা ঙমদ্রগুনা ইবুঙোবু কৌপা লাকচরিবনি।

শ্রীকৃষ্ণ—উম রাই থর চিনবা তারেদনা ইতাও! অদুস্থ চেনবদি রাদ্রেদনা চৎলসি ইতাও! মখোয়দি কনাগা লাকই ইতাও!

অর্জ্জুন—দেবর্ষি নারদনা খিঙ্গিল্লমই অদুগা দ্বারকা য়ৌরুখিনি

হায়রদুনা মীকুপ অমা ফাওবা পল্লমদ্রে।

শ্রীকৃষ্ণ—উম্ ওইরিনি, অসুম তৌদুনা চাইখায়বা মী মুণ্ডাই হন্দবসি নারদগী মথৌনি। লাকও ইতাও!

[ অনিমক চংখি ]

## লাইট ওফ

## মরিশুবা উৎপা

## "পাণ্ডবকী লানশং"

যুধিষ্ঠীর, ভীম, নকুল, সহদেবনচিংবা ফমদুনা লৈ। মাঙদা দ্রৌপদী, সুভদ্রা অমসুং উত্তরা লেপ্লুনা লৈ।

দ্রৌপদী—অঙাং অমবু রথী তরেৎ চংদুনা হাংখিবা! মরোল অহুম পাবা ওয়া ইবুংঙো মঙা লৈনা লৈনা ইচাবু কনবিহৌদবা! হস্তিনাগী রাজসভাদা লীচৎ থীরবা দুঃশাসননা ইশম লাক্লুনা চিংদুনা ঐবু ইকায়বা পীবা মতমদসু ইবুংঙো মঙানা চীংদুম চীংদুম্মুক চাউনা খিন্দুনা অদুমক লৈবিবা! হা-হা-হা-হা-অসিরা ধর্ম্ম রাজগী ধর্ম্ম হায়বদো! অসিদি অচুম্বা থিবা নত্তে। ধর্ম্ম লৈত্রবা য়েক্লবনা ওৎপা লৈবা খাণ্ডবগী ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম অসিনা ইপা-ইচা শাগৈ--নাত্তে লোইনা তুমহনগ্রগা তেংথাখোন মরক্তা ভারতকী পাটেশ্বরী ওইবা ঐ পামজদ্রে।

[ কৃষ্ণ, অর্জ্জুন চঙলকই ]

কেশব ! মসি পুম্নমক অসি ইবুংঙো নহাক্না থোকহল্লিবা ঙাক্নি। ঐখোয় অপূম্বা লোইনা হাংতোকপীরো।

( শ্রীকৃষ্ণগী খোংদা তুই )

শ্রীকৃষ্ণ— চৈয়ু সখি ! ঐ অসে পুম্নমক্কী তায়নক্কমনী।

সুভদ্রা— ( শ্রীকৃষ্ণদা ) কেশব ! নপু ননাইদি লেঙলকলে। ঐগী অভিদি কদাইদা থম্বীরম্লে ? চহি অহুম হেক শুরকপদগী ননাইবু ঙহাক্তা থাদোকপীদবদাই ঙসিদি কনাদা শিন্ন-বিথ্রবগে। ইচাবু অসুম তৌত্রনা মতম চাদনা লৌশিন্দুনা ঐবু লাক্নবিগদৌবা লৈরবদি করিগীদমক্তা মঙদা মনি পায়বগুম ইমিত্তা ইচা উহল্লিবনো। মুংঙাইবীরো পেন-বিরো মীৎ থীৎনা য়েংবিরো। মরা তৎলবা নৌরবা পাম্বীগুম ঙসি বিরাটকী মচা মুপীনা লৈমাইথক্তা ওল্লিবা মীৎ পেন্না য়েংবিরো।

[ অর্জুনদা ]

ইচা পীয়ু ইবুংঙো ! ইচা পীয়ু ! ফিজিদ. চেৎনা পুন্দুনা থমজবা মনিবু কদায়দা হুন্দোকপীরুরবগে ? ইথাদগী শেন্তুনা পুবিথ্রগা ইচাবু কুরুক্ষেত্রগী লম্পাক্তা তিল কাওগী চীঞ্জাক ওইনবা থম্বীরম্লবরা ? ইমাগী ইবুংঙো ! ইমানা চৎকম্নু চৎকম্নু হায়রগা নংনা ইমাদা হায়রম-বদাইনে, জগৎকী মপু কৃষ্ণনা ঐগী মাতুলনী, মরোল অহুম ঙম্বা বীজয়না ইপানি, জগত্তা ঐবু লাকচবা ঙমগদৌবা কনা লৈবগে য়াক্নগনু ইমা। হৌজিক্তি করি ওইরে নংগী মামা নবুংঙোনসু নপাবুংনসু ইচাবু হন্না

য়ে'বিরমগ্রে। রথী তরেংনা কোয়শিন্দুনা ওম্থোক্লা ব়্না শিঙম নাঙমদনা শিরিনিদকো ইমাগী ইবুংঙো। ইচাগী নাক্তা পুবিরো ঐবু পুবিরো ইচাবু কো'ন্দুনা থব়াই অসে থাজগ্রগে।

[ অর্জ্জুনগী থোঙদা তুই ]

উত্তরা— ( তপ্পা তপ্পা হৌগত্তুনা ) মাধব। ঐগী মমল য়াওগ্রবা থব়ায় অসি লৌশিনবি'র়া। ননাইনা হিংতুনা লৈবদি পৃথি, মাতাগী অরুম্বা হেঙ্গংনবতনী। জগৎনা নংবু থৌজাল হৈবা মুংশি হৈবা হাযরিবসিবু কদায়দনো! নহাক্তী থম্মোইদি মুঙদগী হেন্না কল্লী, মীবু ব়াহল্লগা মীবু কপহল্লগা নঙগী মুঙাইবা ওইরি। ঐবুদি করিগী মুং'শিবিগদগে। নহাক্কা মথোয়গী থব়ায ওইরবা শ্রীমতি রাধিকানচিংবী ব্রজ গোপীশিং অমসুং নহাকপু মীকুপ অমা থাদোকপা ঙমগ্রবা নন্দ যশোদা অনিবু মপাল নাইগ্রবা অব়াবগী ইপাক্ত থাদরম্লগা দ্বারকাদা নিংথৌ ওইতুনা লৈমা লিশিং তরা তরুক্কা থোগল তৌদুনা মু'ঙাইনা পানবা ঙম্বা নঙনসু তোল্লবী এগুম্বগী অব়াবা খঙবীবা হৌনবরা?

[ অর্জ্জুনদা ]

ইপা ইবুংঙো! ননাইবু কনা য়েংদুনা লৈম্মু হায়বগে? মুংশি হৈত্রবা লানকম অসিদা ইবুঙোবু করিগী পুবিবগে। ঐবুসু ইবুঙোনা তুদুনা লৈরিবা মকম অদুদা পুবিরো। লৈমায় থক্তা তাদুনা লৈরিবা ইবুঙোগী কোক অদু কোঞ্জরগা ঐসু ইবুঙোগী তুং ইঙ্গগ্রগে।

শ্রীকৃষ্ণ—সখি, ভদ্রে, উত্তরা, নখোয় পুন্নমক ঐনা হায়রিবসি মুন্না তাও। নখোয়না ঐবু য়ারোরি পুন্নমক ঐওোন্দ। তাইনরি, তাইনজো। নখোইদা নত্তে জগৎ অপুম্বগী তাইনকমনী। হরাউ মুংঙাইবা মতমদা ঐবু কনানসু নিংশিংবিদে। য়ারবা মতমদা ঐবু কৌরগা তেংথাই, মখোয়গী মীৎকী পি ঐগী ইথক্তা তাহল্লি। ফরে, অহুসু ওইরসন্নু। নখোইনদি অভিমন্যুবু ঐনা শিহনবগুম্না ঙাংলি। নত্তে। কৃষ্ণ ঐগী ইন্দ্রাক মরোল অহুম ওম্বা অর্জ্জুনগী মচাবু মীনা হাংপা ঙম্বা হৌনবরা? মাগী পুন্সি লোইরক্নুনা চৎখিবনি। নখোয়না খঙদবননি। অভিমন্যুদি গর্গ মুনিগী শাপ্তগী চন্দ্রদেবনা মী ওইনা পোক্লবনী। মাগী শাপ লোইরক্নুনা অমুক হন্না থাদা তিনগ্রবনি।

সুভদ্রা—অহুদি কেশব! থাদা লৈখ্রবদি ইচাগী মশক অহু অমুক্তদি উইনবিয়ু। ননাই ঐখোয় পেঙ্গরগে।

শ্রীকৃষ্ণ—অহুদি—সে—সে (পর্দ্দার হাইদোক্লুনা) আহু য়েংজররো—।

[ময়াম য়েংই]

[অভিমন্যুগী তকৌরবা মাইথোং থাজনা থাদা ঙাম্মোইরি।]

লাইট ওফ

## মঙাশুবা উৎপা

## "লম্বী-লঙ্কাং"

### দ্রোন

দ্রোন—ব্রাহ্মনগী বৃত্তি থাদোক্লুনা ক্ষত্রীয়গী শিনফম পায়রুবদগী জগৎনা নোক্লবতা নত্তনা ধর্ম্ম থোক্লবা থবকসু কয়া তৌরে। মঙ্গাদা অমৃত রস কোক্লিবা অঙাং অমদা তরেং চঙজনা হাংপদা দ্রোন ঐসু য়াওরুরে। অঙাং অত্রুসু কনা নত্তবা ইচা অশ্বত্থামাদগী হেন্না লুনা থমজরবা ইচানা পোকপা। ঙসিনা অমুক ঐনা জয়দ্রথ কনবদগী ইচা অর্জুনগী শিনবা মরম ওইখ্রে। মরোল অহুম জয় তৌবা ঙম্বা অর্জুনগী মথুক্তগী জয়দ্রথবু কনবা কনাগী মতিক লৈ। হা-হা-হা শিন্দাংবা ব্রাহ্মণ। নচাগা নহুগা মথবায় মাংহনবা নঙনা শিল্লুহগা হৌজিক করিগী অনুতাপ তৌরি? গতস্য শোচনা নাস্তি। হৌখ্রবা হৌখ্রে। লোইখ্রবা থবক্কীদমক নিংদোল পোম্বা কান্নদে।

[ দুর্যোধন, শকুনী, দুঃশাসন, জয়দ্রথনচিংবা নোক্লুনা চংঙকই। ]

দুর্যো—ঙসি সুংঙাইরবা সুমিং অসিদা মায়থোং লাংশিন্না উবনু করম্বা সুংঙাইতবা রাথল তৌবিরগে গুরুদেব! ঙরাংগা ঙসিগগী লান্দা জগৎগুরু দ্রোনাচার্য্যগী ধর্ন্বিদ্যাগী অয়েৌবী মীপুম থুংনা উহনবীরে ইবুধৌ ভিস্ম লৈতবদা থুইথখ্রবা দুর্যোধনগী আশাগী পাম্বী অমুক নৌনা ময়োল চোংহনবীরে। দুর্যোধনবু নংথোয়গী বিপক্ষ ওইরুবা পাণ্ডব

নরাইবক খীদা ! যেকৃবগীদমক্তা রাবিরুহ্না কাম্নদে গুরুদেব লেঙঙসি। রাশক কায়রবা অর্জ্জুন মৈগী কুণ্ডদা চোংথহ্না শিবহ্ ঙহাক য়েংলুশি।

দুঃশাসন—গুরুদেব লেংঙসি, শিরম্বনবু হাল্লনি। শিরমদাইদা গুরুদেববুস্ম খুরুমজনীংলম্বা য়াই। ঐখোয় শাগৈ নাতৈ ময়াম্বুস্ম উনমীংলম্বা য়াই ।

শকুনী—মানি যুবরাজ! শীরমদাই হায়বসিদি মরুপ মপাং শাগৈ নাতৈ পুম্নক উম্নগদোবনি। মাঙোন্দা বর নিহৌবা য়াবনা বর নিগনি মানা আশীষ তৌবা য়াবা কাঙবুদনা আশীষ তৌরমগনি।

দ্রোন— মহারাজ লেঙম্মে ! ঐনু শিবির অমুক্তা য়ৌরুরগা থুনা লাক্লগে ;

( চংঃগ্র )

দুর্য্যো—য় ম্না ফবে গুরু দব ! ননাই ঐখোই য়োরম্মগে চৎসি মামা। অর্জ্জুন শিরম্বনা হাল্লনি।

শকুনী—লেঙসি মহারাজ লেংবিয়ু লেংবিয়ু!

[ দ্রোন চংখি, মায়কৈ অমরোমদা দুর্য্যোধন, দুঃশাসন ময়াম মরী মরী থোকখি। শকুনী ভুংদা লৈহৌই ।]

শকুনী—থুকউ শেল্লুকো দুর্য্যোধন। জয়দ্রথ নঙনা নখোঙনা থোংনা নমংথিবা তাগনিকো ! জগৎকি ছলনা মথৈনা পুমহৈ ওইরবা লৌনম চাউরবা কৃষ্ণনা পাণ্ডবকী পক্ষদা লৈরিঙৈদা অর্জ্জুনবু শিবা য়েংহ্না লৈগনি হায়বসি

থাচবা হ্লাংলিকে ! লুহোংবা চংপগুম্না হৌবগা মঙ্গা-রকপগুম হল্লকনীকো। সুবলগী মচা নহাক্কি মাংজিনদি থারুগন্নু।

[ ডপ্না তপ্না চংখি ]

## লাইট ওফ

## তরুক শুবা উৎপা

## "লানফম"

"কৌরবেশ্বর মহাবাজ দুর্য্যোধনগী"

ময়াম—"জয়"

[ কৃষ্ণ অর্জ্জুন চংলক্লুনা ]

অর্জ্জুন—ইবুংঙো ! নুমিৎ ডাখিবনা হানগ্রে ননাই হ্লাশকপা কাইবে। মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা ইচাগী মতুং ইঙ্গগে ননাইদা হ্ম য়াথং পীবীবো।

কৃষ্ণ— মানি ইতাও ! নুমিং তাবনা হানগ্রবনিনা হ্লাশক কাইদনা মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা ক্ষেত্রী ধর্ম্মগী মতুং ইন্না শিবা তাই। মৈগী কুণ্ড তৌরো ইতাও !

( অর্জ্জুন তেন শক্তুনা থৌগ্নাং তৌবা যুধিষ্ঠীর, ভীম, নকুল, সহদেবনচিংবা ময়াম চংলক্লুনা )

যুধিষ্ঠীর—ইবুংঙো ! ইয়াম্বগী ইবুংঙো। ঙহাক্কা ঙাইহ্নমখো।

(চেনশিলক্কূনা কৃষ্ণগী মখোং কেন্দুনা)

ইবুংঙো ! হা কৃষ্ণ ! ননাইনা তাব্রিবসিস্থ সোইত্রবরা ? যুধিষ্ঠীর ঐগী থব্রাইনি হায়দুনা থমজরিবা ইনাওনা মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা মথব্রাই থাপ্রবদি ননাইনা কৱম্না হিংদুনা লৈহৌগনি ইবুংঙো ! ননাই ঐদি মাংলেদো !

কৃষ্ণ— দাদা মহারাজ ! শিগদবা ভাক্রি, অকোন অহাস্তনি। হৌজিক্তি ইতাওগী অফবা ওইনবা হোংনরসি। গুরু দ্রেনদি অহলনিনা ব্রাশক কাইদনবা চেকশল্লি, ইতাওনদি নহা নহানি মপুক্লিং তয়াং তয়াই। ক্ষেত্রী ধর্ম্ম কাই-দনবা ময়াম চংদুনা হোৎনশি ।

ভীম— উম—

যুধিষ্ঠির—আ তোনগ্রেদা যুধিষ্ঠির ঐগী মপোক । ইবুংঙো ! ধনঞ্জয় ! ইয়াম্বগী থব্রাই ওইজরিবা। ইনাও লৈত্রবদা ঐনা লৈহৌদুনা কানদ্রে ঐস্থ নতুং ইন্দুনা মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা থব্রাই থানি ।

অর্জ্জুন—ব্রাবিগন্থ দাদা মহারাজ ! ননাই ঐ লৈত্রবস্থ দাদা য়াইমগা ইনাও অনিগনা থোগল তৌরিভৈদা মরোল অহুমদা লৈবা কনানস্থ লাকচব ঙম্মাই । চিংনবিগনু য়াম্বুং মহারাজ !

[ যুধিষ্ঠিরগী মখোং শোক্লগা কোক্তা শোক্লগা, ভীমদা থুরুমদুনা ]

দাদা য়াইমা ! দাদা মহারাজগী থোগল ফংবীহৌখো ।

ননাওনা পুন্সিগী বিদায় লৌজরি।

ভীম—হুঁ—উম—

অর্জ্জুন—ইবুংঙো নকুল, সহদেব! ইনাও অনিগী খল্লুবদা য়াদবা ঙমদ্রে। ঐখোয়না বন চৎলমদাইদা—ইমানা নখোই অনিগী নখুজেং পায়দুনা শিন্নরগা লৈমাই থক্তা হাইথদুনা য়াম্লদুনা লৈহৌরবী ইমাগী তমপাকথক্তা লাইবক থীবা অর্জ্জুননা শিন্নরম্বা ঙমদনা চৎপা তারে। লাইবক থিরবী অরাবদা শরুক ওইরবী ইমাদো ইনাও অনিতনা ইমাগী অরাবা কোকহনবা ঙমনি। ইমাগী সেবা মতোল লোন্না ফংজবা ওইয়ুকো।

নকুল—দাদা য়াইমা লৈত্রবদা ঐখোইতা করিগী লৈহৌগনি ননাই ঐস্থ থোগল তৌজগনি।

সহদেব—মানি থরাই য়াওদ্রবদা হকচাংদা কয়ন্না লৈহৌবা ঙমনি ঐখোই পাণ্ডব মঙামক মৈগী কুণ্ডদা প্রান থানি।

কৃষ্ণ – কানদে ইতাও! কপ লাওদুনা লৈগদবা মীওইবা নত্তে নথৌ তৌ।

[দুর্য্যোধন, কর্ণ, অশ্বত্থামা, দুঃশাসন, শকুনি চংলক্লুনা]

দুর্যো—হৌজিক ফাউবা শিরমদ্রি অর্জ্জুন? য়াগলু ধনঞ্জয়! ইনাওগী শিরমদাইদা ঐগী মীগী নাইফক্ত্রে, ইনাওগী স্বং কর্ম্ম তৌবদা, করিগী দাদা মহারাজগা ইনাও অনুমতগনা তৌগনি? দুর্য্যোধন ঐনা চিংদুনা ঐখোই থাই য়াওনা ইনাওগী ফনবতা হোৎনগনি। অফবা থবক তৌবদা

থিম্নরম্নু অর্জ্জুন ! রাশক ঙাক্তুনা ক্ষেত্রী ধর্ম্ম কাইদা মৈগী কুণ্ড তৌহ্নুনা চোংথহ্নুনা শিরো।

অর্জ্জুন—দাদা মহারাজনা চিংবা কৌরবকী অকনবা পুম্নমক লেংবিরক্তুনা ময়ামগী মমাংদা রাশক পাংথোকচগদবা অর্জ্জুন ঐগী ইরাঈবক ফবনি।

কর্ণ—থোইনা হেম্না নবাইবক ফবদি অর্জ্জুন ! তাইবংপান লানবীরিবা মপু দেবর্ষি, রাজর্ষি, যোগিন্দ্র মুনিন্দ্রনচিংবা লাইনিংবা কয়া কয়ানা ইবুংঙো মহাক্কী নিংথিরবা রাতুল চরনবু ফংগে হাইবা ঙমনদ্রিবা শ্রীকৃষ্ণনা শিরমদাইগী মতমদা নমাংদা ঙানবীহ্নুনা দর্শন ফংনা ফংনা শ্রীচরন্দা চংজগদৌরিবা নংমুক নরাইবক ফবা পার্থ কনা লৈত্রে।

অশ্বত্থা—ইতাও অর্জ্জুন ! অমুক্তা কোলহৌগে লাও। ( চেৎনা কোম্নবা ) নংনা ঐবু রারোৌবীগম্নুকো। বামন মচা ওইনা পোক্লগা পাপ চেনবা মরমনা ক্ষেত্রী মচাগী লমচৎ চত্তুনা নংগী মায়োক্লবদা লেপত্রে। ইতাও নংগী নতেং পাংবা ঙমদে হাইহ্নুনা ঐবু শাওবীগম্নুকো।

অর্জ্জুন—করিগী শাওগনি গুরুনন্দন ! ঐবুহুম ঙাকপীয়ু। গুরুদেবগী চরন্দা তোল্লবা অর্জ্জুন্না হম্না হম্না গুরুমজরকই হাইনা তন্বীয়ু।

দুঃশাসন—মামা ! কৃষ্ণ লৈ হাইহ্নুনা পাণ্ডবনা চাওথোকচবা কৃষ্ণ মুবগী মথক্তা কাহংথরে। হা—হা—হা—হা......

শকুনী—লাইশং মহুংদা লৈপরেংনা য়োমশন্দুনা লৈববু ফজবনিদ

যুবরাজ। হা—হা—হা......

[ অনিনা থুবাক থুড়না নোকই। অর্জ্জুন তেন শত্তুনা মৈ কুণ্ড তৌনবা থোরাং তৌবা ]

ভীম— ভাইখো ধনঞ্জয়! মখে লাংগমু খেনম নমদুনা তোকচনি। হৌজিক অর্জ্জুন শিগ্রিবা নখোই নরাইবক ফবনি নিংজৌ। অর্জ্জুন্না রাশক ভাক্তুনা মৈমুংদা হেক চোংথবগা নখোইস্মু হৌনবা লৈতা অমমমতা ওইনা মৈমুংদা মৈমুংদা চোংথদুনা শিগদবনি। নত্রবদি—ঐগী গদাসি উব্রা? নকোকশিং অদু য়ৈথাইরগা কুণ্ড মমুংদা লোইনা থাদগদবনি। থুমমকউদনা অমতা? হা—হা—হা—হা......

ভসিদি নখোই পুম্নমক নরান্না নপোং ফারদুনা নখোংনা থোংনা ইনাক্তা পুন্না লাক্লেদো। সভা পর্ব্বগী লমন— অভাং ওইরিবা, মখুত্তমু খুংলাই য়াওদ্রবা ইচাবু নখোই তরেৎ চংদুনা নমদুনা হাৎখিবগী লমন—হুজিক খুম্বা তারে। লাও অর্জ্জুন! করিগী শিগনি ইবুংঙো! ইয়াম্বা লৈরি কনাবুমু কিগনু। ইচিন ইনাও চংদুনা কৌরব তুম্না হাৎখিসি।

অর্জ্জুন—দাদা য়াইমা! ননাওবু ভাকপীয়ু—ধর্ম্ম ভাক্তুনা থরাই থাজব্রগে।

ভীম— নং শিগ্রিভৈদা হান্না শিবা ভম্বা ভীমনি। নংগী রাশক কাইদ্রে জয়দ্রথ শিদ্রে।

[ দুর্য্যোধননা চিংবা ময়াম মুংশাথিনা য়েংনৈ ]

অর্জ্জুন—কদাইদগী দাদা য়াইমা! ভসি মুমিৎ তাগ্রিভৈগী মমুংদা

জয়দ্রথগী মশক উবা ফংদ্রে।

ভীম— শিব্রবা মী উবা ফংবা হৌনদ্রে। শিব্রবা জয়দ্রথগী দমক করিগী শিগনি।

দুর্যো—জয়দ্রথ শীদ্রি হিংলি—মীনম্বা রা কান্নরোই য়াইমা!

ভীম— শিদ্রবদি কদাই? মীয়াম মরক্তা জয়দ্রথ উদ্রে। অর্জ্জুনবু কীদুনা লোৎলবস্থ নুমিৎ তারে থোরকপা য়ারে। কিবামক্তনা শোইদনা শিরনি থংদুনা নুমিৎ তাদ্রিবৈ মরান্নাই শিজগ্রবনি। সিগীসু মথক্তা—'মায়োক্লবা লাল-ফমদা তেন অমতনা জয়দ্রথ হাংকে রাশকপনি"। লালফমগী রাংমদা লোৎলবদি—শিরমদ্রবস্থ রাশকপগী মনুং চন্দে। শিরে শিদেশু অশেংবা থংদনা করিগী হান্না শিগনি?

দুর্যো—কানরোইদা য়াইমা! চাবা ফংনবা চক্রিদা য়ারোই—মসি উসব নত্তে। গুরুনা মন্ত্রগী শক্তিতনা জয়দ্রথবু চোংঙা পোন শাদুনা মনুংদা হাপ্লগা লৈচিন্দা লোত্তুনা থমলিবা কনানা থিদুনা হাংপা মতিক ওইনি! ধনঞ্জয়! অরেম্বদা নতিক নপা নত্তনা নচা! শিথিবগী মৈনা ডাওদুনা দুর্যোধনগী মরুমদা লৈবা জয়দ্রথনি থলহৌদনা হাংকে রাশক্লুবা—ঘী য়োংলুবা হয়িংনা তুম্বা ভমদদুনা মথস্তা শিজবগুম্না নতীক নঙাল থংদনা ভোরুবা অশা অদুনা নম্মুনা নথস্তা কেমজবনি মীরা চান্নগনু—।

ভীম—করেম্নগনু দুর্যোধন। নমাংদা লৈরিবা ঐ অসি কনানো নং থংদ্রবরা? ভীমগী গদা অসি অঙাংগী শান্নপোং

ওইনা উবরা ? নকোক অদু মশুং মরি তাহনা তোকনি।
ইনাওনা রাশকী মথা পোন্দুনা শিগ্রবয়—পাণ্ডব পক্ষদা
নংগী যম লৈহৌরি, ভীম লৈরি হায়বসি নং থক
কাওরোইদবনি।

দুর্যো—হা-হা-হা বৃকোদর ! নং করিগী অদুক শাওরি।
দুর্যোধনা হাইব্রিবদুবু ওইদবা অমত্তা য়াওবরা ? নংনা
অরেপ্পদা নথনাও মচি কারগা নাচুংবীগ দৌবা দুর্যোধন
নত্তে থংজৌ। অহিং ওইথিবগী ধর্ম্ম নত্তে হাইদুনা
থাংবনি নত্রবদি ওসাইনা নংবু ননাওগী মাং থাহনবী-
রমগদবনি।

ভীম— হঁা-হঁা-হঁা-হঁা। ধর্ম্মগী মরুমদা নথবায় হিংনবা লাকরি
অহিংদা লাল তৌবা ধর্ম্ম নত্তে অসিরা ? নোক্কবা
ওমদবা......হা-হা-হা ইচা অভিমন্যুবু নখোয় তরেৎ
চংদুনা মখুৎতা খুংলাই য়াওদনা হাংপা ওম্বা অদুনা
করম্বা ধর্ম্মনৌ ? মুর্খ ! লেংগনু ইনাওনা শিল্রিদৈদা
নকোক অদু উফুল মরক্তা ওনবা পেম্না য়েংথিসনু।
কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরগে।

দুর্যো—লাও নং ঐ অততাইনি।

[ অনি গদা বাগতা চংশিন্নবা কৃষ্ণনা থামদুনা। ]

কৃষ্ণ— ওাইথো দাদা য়াইমা ! ইস্নাক নিংথৌনু কিংখীগনু !
হৌজিক মতুগী মতম নত্তে। দাদা য়াইমন। হায়গুম্মদনা
জয়দ্রথদি উবা মকংদ্রে। লালকমদসু উদ্রে। হৌজিক

কৌরবকী অকনবা ময়াম অসিগী মমুংদস্নু মাডদি য়াওড্রে অকোংবা লান্দকমদা দ্রোণা জয়দ্রথবু মমাংদা থমহনা ইতাও অর্জ্জুনগী মখুত্তগী কনবা মক্তি থোক্কে । মশক উদনদি ইতাওস্নু করিগী পাক হেক শিনি । ও—চংঙকউ দ্রোন ।

দ্রোন—[ চংলক্লুনা ] হে দয়াময়! ননাই দ্রোণা খুরুমজরি । ইবুংঙো কৃষ্ণ নংগী থৌজানডনা দ্রোন ঐনা য়াশকপা থুংজয়ে । অর্জ্জুন ! নাপন্ন তৌবা হায়বসে মাংননবগী মশকনি ।

অর্জ্জুন—গুরুদেব ! ননাই ঐনা হাইজখিবা নাপল তৌজ্রবগী য়া নচদে । ননাই ঐগীদি তৌকম থোকপা ইথৌ পাংথোকচগে হায়জবতনি । ননাইনা শিরমদাইদা শ্রীগুরু দেবগী দর্শন ফংজবা মুংঙাইজরে ।

( খুরুমহনা )

ননাইনা লংজখিবা পূন্না ঙাকপীয়ু গুরুদেব !

দ্রোন— শ্রীকৃষ্ণগী নাম কাওগনু ইবুংঙো ! হে অন্তর্য্যামিন ! জগৎনা থাজত্রবস্নু ইবুংঙোয়াওনা ? ননাইনা হন্জিকমক্ জয়দ্রথ উইনজগনি ।

( ডেন শত্তুনা মন্ত্র শোল্লগা কাপখি ।)

জয় কৃষ্ণ !

কৃষ্ণ—ইতাও ! অতৈনা হাইবদি হাইবনি জগৎগুরুনা হাইরবদি শোইররোই । নংগী নথৌ পাংথোক্লবা থৌরাং তৌরো ।

অর্জ্জুন—( কৃষ্ণদা খুরুমজুনা ) ইবুংঙো দয়ামময় ! ননাইনা শ্রীচরণদা লংজখিবা পুম্বা ঙাকপিয় ।

জয়দ্রথ—( চংলকপা ) অর্জ্জুন হৌজিক ফাওবা শিরমদ্রি। করিগী থাংলি। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম ঙাকপদা শাগৈ নাত্তে ভুংশিজ্বনা লৈরব্রা ? ঙংম্মাইদবা লৈরবদি করিগী ৱাশক্লরি ? শিবা কিজ্বনা ধর্ম্মবু থওইদ্রে ?

অর্জ্জুন—করি পাপী ! নংগুম্বনম্নু ধর্ম্মগী ৱা ঙাংবা শারি ? নংগী মতম থর লৈর্জারিবোইদো—লৈজ.হৌরো হে পাপী। ঙসি অর্জ্জুননা ইপা ইপুগী মগুন ঙাক্তুনা মৈগী কুণ্ডদা চোংথজুনা শিরগা পৃথী শিন্না মিংচৎ থনমগে নখোয় কৌরব অপুম্বা নমিং থিংনা য়েংজহৌরো ! জয় গুরুদেব ।

[ তেন কাপ্তুনা মৈগী কুণ্ড তৌরগা মথুৎ লোমজুনা মৈ খুরুম্মগা কোইবদা ]—

কৃষ্ণ—ইতাও ক্ষেত্রী মচানা শিরমদাইদা খুৎলাই থাজ্বনা শিবা হৌনদে খুৎলাই পাইয়ু।

[ অর্জ্জুন লিরুং তেন্দোং লৌথত্তুনা পাইরগা কোইবদা ।] —

কৃষ্ণ—সুদর্শন ! [ ঙাম্লুনা কৃষ্ণগী মখুত্তা চক্র ] ইতাও ! সুমিং তাত্রি নংগী ৱাশক ঙাল্লো !

মযাম ভক্লা—সুমিং তাত্রিবা ? করিনো ?

অর্জ্জুন—পাপী লোংথোদনা ? অর্জ্জুন ইমাংদা হৌজিক নংবু কনানা কনবীগনি ?

জয়দ্রথ—( দুর্য্যোধনদা ) মহারাজ। ননাইগী থব্রাই কনবীয়ু!

দুর্য্যো—সিন্ধুরাজ। গুরুদেবদা চংজো। —

জয়দ্রথ—( দ্রোনগী মখোং কোন্দুনা ) গুরুদেব। ননাইগী থব্রাই অমুক্তা কনবীখো।

দ্রোন—ঐগী রাশক লোইখ্রে সিন্ধুরাজ!

ভীম—হাঁ—হাঁ—হাঁ—হাঁ

অর্জ্জুন—সেম শাজরোহে পাপী। ইচা হাংপগী লমন থুম্নগে।

[ জয়দ্রথ হম্না য়েংহুনা হৌহুনা চেনখি। ]

ভীম...হাঁ—হাঁ—হাঁ। কদাইদা চেম্নি পাপী! নং কদাইদা লিংকনি!

( তাম্রগ্রে )

কৃষ্ণ—ভাইখো ইতাও চেকশিল্লু! পাশুপাতভনা জয়দ্রথগী মকক্ কক্কদবনি। লৈপাক্কসু তাহনগনু। কাম্যে বন্দা ( সমস্ত পঞ্চক তীর্থদা ) তপস্যা তৌহুনা লৈরিবা মপা সিন্ধুরাজ বৃহ্যক্ষত্রগী মতম্পাক্তা থাদরু! সোইরবদি মাংলে। জয়দ্রথগী মকোক লৈপাক্তা তাহল্লিবা মীশক অদুগা লোইননা মকোক কাইহুনা শিমিন্নগদবনি। সোইবা য়ু দে ইতাও!

হাঁ—হাঁ—হাঁ—হাঁ। চেনখোদনা পাপী। ধনঞ্জয়! শব্দান তৌরো। পাপী জয়দ্রথ কাহুনা লৈরে।

অর্জ্জুন—( তেন কাপ্পুন্না ) জয় গুরুদেব!

[ অনিরুক থুনা ক্রাপ্পি ]।

ভীম—( জয়দ্রথগী অকককপা মকোক তেম্না পুহুনা পাইরকপা য়েংনা য়েংনা নোক্না চংলক্কুন্না )।

ভীম—হঁা—হঁা—হঁা—হঁা লমন খুমলে—ইচাগী লমন শিংলে ! য়েংউ দুর্যোধন ! নমিং থিংনা জয়দ্রথগী অককৃপা মকোক ! ঙসিদগী হৌনা নখোইস্নু মথং মথং—হঁা—হঁ—হঁা— ধর্ম্মনা জয় ! জয় ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠীরনা—

ময়াম— জয় !!

—অনিশুবা—

*Interval*

## অহুমশুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

## "লানফম"

শকুনি—হা-হা-হা-হা য়েংউ মুনিং অসে তপা তপা থোরকনা তপা তপা চৎলি। ঙহাক্তা লেপ্পা নাইদে। মহাক্তা তাক্লি তেংবানবদা লৈরবদি লেপ্তুনা থবক তৌগনি। তাইবং পানবদা লৈরিবা লেংলি পাল্লিবা অপুম্বা—কর্ম্মগী নাট্যমঞ্চদা মশক নাইনা অভিনয় তৌরি। ঐস্নু ইথৌ তৌরি ঐ শেংনা থংলি ঐগী ইথৌ ঐগী জীবনগী মহাযজ্ঞ লমনখুম্বা-দুর্য্যোধনগী মাংননবা শিল্লি শকুনিনা—জগত্তা ময়েক লানা উহনগনি। হা-হা-হা-হা মহাযজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পিগদবা অনিতা

ঙায়রে—মচিন মনাও ১০০মা শুগদবা অনিত্ত: মঙায়:র—

[ খুং থেক্তুনা ]

অমা--অনি--অহুম--মরি হুঁ-উম—খুদোম্বী নংগা খুবী নংগা ঙাইথো। চামা শুরগা—দুর্য্যোধনগা দুঃশাসনগা শিরগা নখোই অনিবুম্ থেকপীগনি। মখোই অনিগী চেংসি লৈরিবোইদা। ঐনা অস্তুম অস্তুম লৌথোকই। কনানো অমনা অস্তুম হাপচিল্লিব্রা কৈনো?

হাঁ-হাঁ-হাঁ-হাঁ দুঃশাসনগী মথবাক শেগাইবা ভীম্মা!—দুর্য্যোধনগী মথু থুদেকপা ভীম্মা! ভীমসি পাংদেদা—হৌজিক ফাওবা করি তৌদুনা লৈরিবনো? ঐনা কা ঙমগদবা ওইরবদি—মখৌরিদুদা খুংসিনা—।

ভীম—[ মঙ্গুংদা ]

হায় দুঃশাসন! কুরুকুলাধম! চেল্লু পাপী কন্না চেল্লু! ভীমগী মাংদগী চেন্দুনা হিংগনি?

শকুনি—বজ্রদগী হেল্লবা খোঞ্জেল। শকুনিদদি কোকিল খোংবগুমলে পেল্লে। এ এ তান্নরে তান্নরে। ভীমনা দুঃশাসন তান্নরি। কৈনা তান্নবদা থেবনা চেনবা। ফনা য়াংইদা দুঃশাসনসিদে!

[ খোঞ্জেন বাংনা ]

হো দুঃশাসন! হো দুঃশাসন! মামা শিদা লৈরে সোমদা লাকও—সোমদা স্ত্রোমদা—

( দুঃশাসন দুংশামপী হোনদুনা চেনশিল্লকই )

দুঃশাসন—মামা! মামা ও! ভীম্মা তান্নরক্লে। কমদৌসিগে মামা?

শকুনী—মামা লৈ কিগনু। মাগুম্বনা করি তৌজরনি।

দুঃশাসন—নত্রে নত্রে মামা! ঐ শিবা তারে। করি উপায় তৌনি?

শকুনী—মামা লৈরিনে দুঃশাসন।

দুঃশা—মতুনা কানদ্রে মামা!

[ চেনখি )

শকুনী—হা-হা-হা-হা বলিগী উচুক্তা পুম্নবা শা! নং কদায়দা লিংকনি।

( খোঞ্জেল রাংনা )

হো ভীম! হো ভীম! সোমদা লৈরে। দুঃশাসন সোমদা লৈরে।

( ভীম চংলকপা )

ভীম— কদায় দুঃশাসনদি কদায়?

শকুনী—অসোমদা চেল্লিসে—

ভীম—হঁ। চৌবর হৈবা মামা!

শকুনি—মানি মামানি। নংনা ঐগী তিঙ্খং হুম্ন তিঙ্খং।

ভীম—পাপী নং ঙসিদি হাৎলগে। ( ঙকথী চপ্লা। )

শকুনি—আ—আ—আ—আ—নং ঐবু হাৎপা লাকপা নত্তে। দুঃশাসনবুনি নংনা তান্নরিবদি—দুঃশাসনদি অসোমদা—

( মখুৎ থিনবা )

ভীম— দুঃশাসনবু হাৎকনি। নংবুসু হাৎকনি পাপী। পুম্নমক্কী মরুদি নংনি।

শকুনী—হাৎচো হাৎচো। নংনা হাৎপসু শিবা। সহদেবনা হাৎপসু

শিবা। শিবগী শিবা অঙ্কা। ঐগী শরুক শিবিরগা লোঈরে।

ভীম— চুম্মী পাপী। ইনাওগী রাশক কাইরনি। চৎলোহৈ হুই।

[ কাওথোকপা ]

শকুনী—য়াইমা তৌন্নু মামবু হাৎথো মামা হিংনিংত্রে।

( চংশিল্লি )

ভীম— নংবু হাৎপা য়াদ্রে। চৎথোকউনে।

শকুনী—অদুদি দুঃশাসনসু তাম্নদ্রেদনা ?

ভীম— পাপী মা কদায়দা লীংকনি।

[ তাম্নবা )

শকুনী—( মুংশা মপী হোন্দুনা ] হুঁম চী লাওনা হিংহৌইদা—
কূম্মৈ য়েংখিনি। মিং পেম্না য়েংখিনি। তাল্লু তাল্লু ভীম! কম্না তাল্ল। হা-হা- দুঃশাসন চেনবা ঙমদ্রে মক্দৈদা হাইরে!
নংনবু ঙসি ভীমগী মথুক্তগী লিংপা? শকুনী শিংদ্রেদনা— হো যুবরাজ। মামাগী নাক্তা হল্লকও—শিনিংদ্রবদি সোমদা চেল্লকও—নংগী য়াম্নুং য়াইমদি হাইজরবদি য়াবনে। মামবুসু কনবিরম্মে। নংসু সোমদা লাকও! মামা য়াওনা হায়বিগে। নত্রবদি—ফংদোরে শিদনা তোক্ক-রনিএ—। নং কদাইদা লিংকনি। ( মথুং হত্তুনা )
লাও লাও মামগী নাক্ত লাও।
( দুঃশাসন চেল্লকপা )

দুঃশাসন—মামা!—

শকুনী—( ফাহুনা ) মামা লৈ অৱাবা পুন্বা কোক্লনি ঙহাক্তা ঙাইরে।

ভীম— চেনখো পাপী। নোংশাগী ময়াদগী লমহুইনা চেনবা।

দুঃশাসন—মামা!

শকুনী -( ভীমদা ইনশনবা ) নংগী য়াম্বুংদা চংজো।

[ শকুনী চৎগ্রে )

দুঃশাসন—য়াম্বুং য়াইমা! ননাওবু ঙাকপীয়ু। ননাওবু কনবিয়ু।

ভীম— হা-হা-হা কনবিনি। নিংশিংউ দুঃশাসন! সভাপর্ব্ব—নিংশিংউ! চৌবর শাম্লবা মুমিৎ—কাওব্রা? ভীম্না দুঃশাসনবু ফনবিগনি।

[ নমহুনা হাংপা ]

দুঃশাসন—আ-আ-আ- [ ফ্রিং ফ্রিং চোংনা শিরে ]

ভীম— পাপী! ঙাইখো, শিখিনু, নথবাক শেগাইহুনা ঈ লৌথিনি। ( থরাক শেগাইহুনা ঈ থকপা )

আ-হা-হা-হা…হাউই শাগৈগী ঈ হাউই। যাজ্ঞসেনি! য়েংঙু য়েংঙু শাগৈগী ঈ! নংগীদমক দুঃশাসনগী মথবাক শেগাইহুনা ঈ পুরক্লে। নংগীদমক ঈ পুরক্লে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ!

[ ঈ খুজোক লৌহুনা চেনগ্রে )

শকুনী—(চংলক্নুনা ) শিরেদনকো দুঃশাসন!

( ঈ লৌহুনা থকপা মশাদা ভৈশিনবা)

আ-হা-হা-হা ভীমগী প্রসাদ। নোংশাগী লুখাক লমহুইনা ফংবা! ভীমগী প্রসাদ শকুনীনা থুনবা! হাউই—হাউই—ইপা ইবুংঙো! ইয়াম্বা মরিফুতরামাপন মক! স্বর্গগী থোঙ হাংবীরো। য়েংবিয়ু, দুঃশাসনগী ঈনা

ননাইনা তর্পণ কৎচরি—পেনবীরো—পেল্লে পেল্লে শকুনীনা নিংবা থুংলে। আ-হা-হা-হা

( চংখ্রে। )

লাইট ওফ

অনিশুবা উৎপা

"লানফমগী নাকল অমা"

অশ্বখামা—কৃষ্ণনা মায়া তৌহনা ইপাগী রাশক কায়হন্দুনা জয়দ্রথ হাৎখিসদ নত্তনা ঐ শিরে হাইজিন্দুনা ইপাবু হাৎখিবা ? যুধিষ্ঠির ! মীনম্বা হায়দে হায়বদাই ? নংগী নরাহৈদগী ইপা শিবুনি। পাঞ্চালগী মচা ধৃষ্টদ্যুম্ননা নারোন্দ নত্তনা মায়োক্লবা লান্দ জগদ গুরু দ্রোনাচার্য্যবু হাৎপা মতিকলা ? কৈ. কৃষ্ণনা নখোয়গীদমক লেপলি। অশ্বখামান্থু ইপা হাৎখিবা লমন থুম্নবগী রাশক্লি—তেংবানবগী জীবা পুম্নমক তাংহৌরো—পিতৃগুরু পরশুরামগী মতৌগুম ব্রহ্মাস্ত্রনা পাণ্ডব অমদি পাঞ্চালগী শাগৈ নাতৈ পুম্নমক তুম্না হাৎকে। ঙমত্রবদি অশ্বখামা যজ্ঞোপবীত ধারণ তৌবা অরেম্বনি। অশ্বখামাগী ব্রহ্ম তেজ জগত্রা উইনগে। হে সত্য সত্য সত্যনা শাক্ষি ওইসনু।

লাইট ওফ

## অহুমশুবা উৎপা

## লানশং

[ দুর্যোধন হঙ্গং হন্দা চত্তুনা রাখল তৌরি। ]

ঐখোয় ইচিন ইনাও চামগী মন্থুংদা ইতোমতা ভাইরবা ? ঐগী দমক পাম্বোম তিংলম্বা কনা লৈত্রে। হুঁ ভীমসেন ! মীহাং থীনা থীনা হাংলিদা। য়েক্নবা কনা ওইহনস্থ ননাওমকপু মথবাক শেগাইহনা ঈ থকপা ঙম্বা ? রাশকপা—রাশক্লবদি মীনা মীবু চাবা ? মসিব্রু ক্ষেত্রীগী নিয়ম ? কৈ—ইনাও মরিফুতরা মাপন লৈত্রে—লৈতসস্থ। দুর্যোধন লৈরি। ইনাওশিংগী লমন থুম্লবা দুর্যোধন হিংলি। ঐস্থ, ভারতবংশগী—পৃথিবীগী অমতা ভাইবা রাজছত্র থানব্রবা চন্দ্রবংশগী নিংথৌরেনেনি। ঐস্থ ঙমগনি। দুর্যোধনস্থ লাইনা ঙমগনি—ভীমগী মথবাক শেগাইবা—

[ শকুনী ঈনা পুমতৈ তৈনা চংলকপা ]

শকুনী—দুর্যোধন ! য়েংউ ফজত্রা ?

দুর্যো—কদোরে মামা ?

শকুনী—ঈনে—ঈ ! ঈ থক্লুবা ! হাউই হাউই ! নংগী শাগৈগী ঈনে। দুঃশাসনগী ঈ ! য়েংঙু মনম দুংশিত্রা ?

( থুং তিংথোকপা ]

দুর্যো—করিনো মামা। নংনা তৌরিসিবো ?

শকুনী—মামা কৌ! মামা কৌ! দুর্যোধনগী মামা শকুনীনি। য়েংউ দুর্যোধন! ননাওগী ঈনা লাইবক্ত—খুং-শা ঈনা মচু শংদুনা মামনা জগোই শারি—ফজদ্রা ?

[ জগোই শাই ]

দুর্যো।—মামা করেম্নরিবরা ? নংবু ঙাওরবরা মামা ?

শকুনী—মামা ঙাওদে। মামা করেম্নবা নত্তে। হরাওবনি। ভীষ্মা দুঃশাসনগী মথবাক শেগাইদুনা ঈ থকপা—নংনা কপ্পা—ঐনা পেনবা।

দুর্যো।—করি নংস্থ ঐগী য়েক্লবা ওইরবা ? বিশ্বাসঘাতক!

শকুনী—চুম্মী—ঙসিতগী য়েক্লবা নত্তে। নংগী পূন্সিগী মাংনবা শিল্লকপা এনি। বিশ্বাসঘাতক নত্তে দুর্যোধন! প্রতিহিংসা—লমনথুম্বা—ঈ লৌদুনা লমনথুম্বনি। দুর্যোধন কাওরব্রা ? নংনা ইপাগা ঐখোই ইচিন ইনাও চামবু শুক্লবা কা মচা অমদা চেং মুত অমমমতা পীদুনা হাংখিবা। ভীমবুদি মীহাং থী হায়বশাই ? নংদি মীহাং ফজে ? শকুনী হিংহৌরি—নংনা পীবা চেং মুত শিং অদুনা—ঐনা নংগী মাংনবতা শিনবা—নংনা অফবনি লৌবা। ঐস্থ ইথন্ত ঙাইহৌরে। নংস্থ নথন্ত ঙাইরে। শকুনীগী ফগ্নবা লমন মথুম—পেল্লে!

আ-হা-হা-হা-হা ( জগোই শাদুনা চংল্রে। )

দুর্যো।—হা-হা-হা-হা মীনা মরাই চাইরকপদা থুয়া উকুপ ফাওবনা মুংশিত্তা তোংদুনা মিংত চংগে থোবাংবরা ? দুর্যোধনদদি কদৌঙৈদস্থ ওইরেরোই। সন লুপাদা থোংনেংনরবা

দুর্যোধননি। ইরৌশিংতনা—ইপাঙ্গলনা—য়েক্কবা ঈ লৌখিনি।

( গদা পায়দুনা। )

য়েংজহৌ জগৎ ! দুর্যোধননা মথৌ পাংথোকপদা কনা লৈত্রে থন্দুনা খোংফম অমা তুংহন্নরোই। লৈরম্মুদো পাণ্ডব ! [ চেনখি। ]

## লাইট ওফ

## মরিশুবা উৎপা

## "লানফমগী নাকল অমা"

অশ্বত্থামা—হা—হা—হা—হা—লোইনা চেনশ্রবোইরে। কৌরবকী অকনবা পুন্নমক লৈত্রে। লেমহৌবা কৃপা, কৃতবর্ম্ম ফাওবা চেনশ্রবা ? পাণ্ডদেদা--অশ্বত্থামা লৈরি চেনদ্রি—পাণ্ডব প্রলয় তৌখিনি। ইপাগী লমন থুমখিনি। পাণ্ডবকী শাগৈ অমফাওবা হাত্তরি। ব্রাহ্মণগী রাণক ব্রাহ্মণনা ঙাংবা মুংদা লাইরিক ইবগুম্বনি। রাজা দুর্যোধন ! কদায়দা লৈ ? নংসু চেন্নবরা ? অশ্বত্থামা লৈরি কাওবরা ? ঐবু সেনাপতি বোরিরো—নংনা ঐবু য়োকখিবা লমন শিংলগে ! রাজা দুর্যোধন ! লাকও নপুক্লিং হনগনু। দুর্যোধন ! দুর্যোধন !

[ চেনশিনখি )

## লাইট ওফ

## মঙাশুবা উৎপা
## হস্তিনাগী কোনুং ( দরবার শং )

ময়াইদা সিংহাসন, উখোং খুদিংদা নিংথৌরেল মথং মথংগী লাই থেংলি। ঈ-না তৈরবা দুর্য্যোধন সারথীনা শমদুনা চংলকই ।

দুর্য্যো—সারথী। নংনা ঐবু পুরক্লিবসি কদাইদনো ?

সারথী—মহারাজ ! হস্তিনাগী রাজদরবার শংদনি।

দুর্য্যো—করিগী ঐবু লানফমদগী মফমসিদা পুবকই ?

সারথী—মহারাজ! লানফমদা ময়াম অশিবা মরক্তা মহারাজস্মু রাস্থদুনা লৈরম্মী। ননাইনা দোলাযদা হাপচদুনা মফমসিদা পুজরকপনি।

দুর্য্যো—ময়ামগী অশিবা মরক্তগী ? পাণ্ডবতি শিরব্রা ?

সারথী—অজ্ঞা ? পাণ্ডব মঙাদি শিদ্রি।

দুর্য্যো—হাঁ-হাঁ-হাঁ নং মনা পিনি—নংনা ঐবু লানফম থাদোক্তুনা পুরকপা মনা ফংনি। লৌসে— ( খোংপাক্লা কাওথোকখি ) ঐদি শিরমদবা ? ময়ামদি শিব্রে। ঐ করিগী হিংলকই ? পাক্লবা কুরুক্ষেত্র লম্পাক্তা ময়াম পুম্নমক্তি পোথাব্রে। ঐগী শরুক্তি লৈত্রবা ? পরাজয়গী অথিবা মিংফম ফংননবা হস্তিনা নংনা ঐবু কৌব্রা ? অশিবনা তুক্কচরবা দুর্য্যোধন লাক্লে—কোনুং মনুংগী নুপী নহা তাদ্রিবরা ? মচা ময়াম শিবগী ইমা গান্ধারী ঋপত্রিবরা ! মচা লক্ষন কাইনবগী ভানুমতি মহারানী তেংথাদ্রা ? পাবুং মহারাজ হিংলিবরা ? ইমা। কপ্প—লমহেনবা নচা দুর্য্যোধন মাইথিবগী কালি তৈদুনা হস্তিনাগী রাজদরবারদা লেপ্পি। ইমানা "লাল তৌদু"

ঐনা লমহেনখিবা—কাওদে ইমা ! নাচানা । হে রাজ-সিংহাসন ! কুরুবংশগী ইতিহাসদা—কনাগুম্বা নিংথৌ অমতনা লানফমদা মাইথীত্নুনা নতম্পাক্তা হল্লকখিদ্রি । ওসি ক্ষেত্রীকুলগী মৈতাল অশিবা অহল লম্মন্না হাইবা ইন্দবা দুর্য্যোধনা লংলবা ইতিহাস অদো মকহল্লে । অদু ওইরবস্থু—ঐ বংশগী গৌরবতি মাংহনদ্রি। কনাগী মফমদা ইকোক নোল্লক্ত্রি । অথোইবা দুর্য্যোধন ফত্তবা নিংথৌনি—জগৎনা হায়নবা ইনাকোং থিৎনা ত্তাই । ঐনা থংই দুর্য্যোধন্না মুন্না থংই । মরিন ফবা অহেনবা নীপাবু জগৎনা মুংশিদে দুর্য্যোধনবু কল্লকপনি । থংজৌ—নখোইনা ধর্ম্মগী মচানি হাইবা যুধিষ্ঠীর মীনম্বা হাইখি । বীরশ্রেষ্ঠ হাইনরিবা বৃকোদর মনাওগী ঈ থকখি । অথোইবা রথীনি ভাংনরিবা অর্জ্জুন অন্যায় যুদ্ধনা—ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ণবু হাৎখি । হায়জৌ মখোইদি ধর্ম্ম লৈবনি। কল্লি হায়রিবা থৌনা ফৈ ভাংনরিবা শ্রীকৃষ্ণগী সহায়তনা হিংজরকপনি । দুর্য্যোধনদি কনা সহায় য়াওদনা, ঐগী মী ফাওবনা মাংনবা তৌরক্লবদা য়েক্লবা পূম্বা খোংনেৎনত্নুনা পাল্লকপনি । হে হস্তিনা ! বিদায় পীরো জগৎনা য়েংথিরবা দুর্য্যোধন ঐ চৎলগে । হে রাজসিংহাসন নংস্থু লৈহৌরো । নং অসে জগৎ মাংনবা মায়ানি । নংগী শুদ্ধৎ-লাংদ তারুবদগী মুংশি হৈত্রবা কুরুক্ষেত্রগী কুম্মৈ থোকখিবনি । নংগী নতম্পাক্তা নিংথৌ কয়াস্থু মতুংদা লৈতেংলখিনি । কনাগুম্বনা নংগী নগুন মাংহল্লবদি—মঙোন্দা তম্মু—কুরু

বংশগী নাপন চাওবা দুর্য্যোধন, সিংহাসন নংবু মুংশিবনা নোক্না নোক্না লানফমদা থম্বাই থাখি। বিদায়—( চংলি )

( লাইট উত্থনা )

কুরু বংশগী রাজর্ষিশিং—চন্দ্রবংশগী নিংথৌরেল—দুর্য্যোধনবু নোক্নবিবরা ? নহুষ, যাযাতি, পুরু, দুষ্মন্ত, ভরত, কুরু, শান্তনু, ভীষ্ম, বিচিত্রবির্যা, পাবুং ধৃষ্টরাষ্ট্র, থুরা ইবু ঙো পাণ্ডু, ঐখোয় ইচিন ইনাও চামা, পাণ্ডব মঙা !

ভীম ! হা—হা—হা—হা—হা

[ গদানা চোংখত্তুনা ফুবা ]

[ ভীম চংলকপা ]

ভীম—হা—হা—হা—হা—ভীম। নংগী যম। পাপী নং কদাইদা চেনগনি।

দুর্য্যো—চেনবা য়াইমা ? দুর্য্যোধননা ভীমবু থিরি। নখোংনা থোংনা লাকচরে ?

ভীম—নংনা ঐবু থিবা ?

দুর্য্যো—উঁ— ঐনা নংবু থিরি।

ভীম—নংদুম ঐনা থিরি।

দুর্য্যো—নংনা ঐবু থিবা ?

ভীম—উম-ভীমনা দুর্য্যোধন ফংলে। রাশক ঙাক্লনি।

দুর্য্যো—উম-দুর্য্যোধননা ভীম ফংলে। লমন থুম্লনি।

ভীম—নথুউ অদো গদা অসিনা থুদেক্লনি !

দুর্য্যো—নকোক অদো গদা অসিনা থুগাইরনি !

দুর্য্যো—চৎলু লানফমদা নিংবা থুংলে। আ—হা—হ—হা—

ভীম—লাও লানফমদা। নিংবা থুংলে। অ—হা—হ—হা—

[ অনি মথুং চিংনদুনা থুনা চৎলে। ]

লাইট ওফ

তরুকপুবা থৌংপা

অহিং

"তুরেল মপাল"

অশ্বত্থামা—পাণ্ডবকী মহারথী পুম্নমক তুমগ্রে। কৈ তুমসমু—

ঙসি অহিংদা ভারতকী লাল লোইগে। দ্রোনী অশ্বত্থামানা হৌজিক কৌরবকী সেনাপতি ওইরি। ইপা হাংখিবগী লমন থুমগে ; কৌরবেশ্বরনা ঐবু থাক্লকপগী লমন শিংলগে। অশ্বত্থামানা যজ্ঞোপবীত পায়দুনা বাশকখিবা—

অন্যায় যুদ্ধদা ইপাবু হাংখিবা অন্যায় যুদ্ধনা প্রতিহিংসা তৌগনি। "কণ্টকেন কণ্টকম" — ঙসি অহিং অথেংবদা পাণ্ডব মরু কংনা মাংহল্লমখিগনি। পাঞ্চালগা লোইননা পাণ্ডবকী শাগে অমতা জগত্তা থনম্মরোই। অপণ্ডবা ধৃষ্টদ্যুম্ন ! নাপল তৌরবা ক্ষেত্রীশিংবু মথল্লাই লৌনবা ব্রাহ্মণগী খুত্তা থুংলাই পাইরি হায়বা থংজদ্রে। জগৎকি মীপুম খুদিংমক অরাবা খোঙ্গোক্লা তেংথারসমু। দ্রোনী অশ্বত্থামা খেক্লা খেক্লা নোক্লি—আঁ—হা—হা—হা—

[চেনশনগ্রে।]

লাইট ওফ

অরোইবা

## "দ্বৈপায়ন হ্রদ মপাল"

[ খুকউ তেক্লবা দুর্য্যোধন ]

আঃ লাক্তেদা গুরুমচা অশ্বত্থামা ! অহিং লোইখিদুনা পুন্সি লোইখিবনা হান্দোরে। পেনখিদ্রেদা—যুধিষ্ঠীর ! ধর্ম্মগী মচা ! বৈষ্ণব ! গুরুগী মফমদা মীনম্ববু ধর্ম্ম লৈ হায়বা—মাগী সহধর্ম্মিনীবু শান্নবদা থাদোকপা ভম্ববু বৈষ্ণবনি শিংথাবা—ভীমসেন। মনাওগী ঈ থকওম্বা, গদাযুদ্ধগী নিয়ম কাঈনা, ঐগী খুকউ য়েথেক্লগা অচুম্বা অকনবা শাবা—ছল তৌদুনা গুরুজন হাৎপা কৃষ্ণগী মতেংতনা হিংজবা অর্জ্জুন অথোইবা বথীনি হায়বা—মীনাইমুবীবু মতিক চাবা রাজপদা শাগে মৌগী মর্য্যদা য়েংদবা, লিচং নাইদবা দুর্য্যোধন হায়না চৈনব—মৌগী মতেং লৌদবা, চীবাল হৈত্তবা দুর্য্যোধনবু নমথবা—নচিল রারকপা ভমদবা চিনফেন্ন ফবা জগৎ লৈহৌরবা।

[ অশ্বত্থামানা মৈরা পাইদুনা পাণ্ডবকী মচা মঙাগী মকোক পুদুনা চংলক্লগা। ]

অশ্বত্থামা—মহারাজ ! কুরুপতি ! পাণ্ডব মঙাগী অককপা মকোক পুজরক্লে পেন্না য়েংবীরো।

দুর্য্যো—পাণ্ডব ! লাঈনা ভমপ্রেদা কদাই গুরুনন্দন।

হাঁ-হাঁ-হাঁ...... [ মুন্না য়েংবা ]

করিনো অসিদে ? করিনো নংনা তৌরক্লিবা অসিদে

বাঞন মচা ? নমিৎ অদু শিখুম কিনা কুপ্লহুনা তাংলব্রা ?
পাণ্ডব মঙা লৈত্রবস্নু—ধৃটরাষ্ট্রগী বংশ মুৎলবস্নু—ভারত বংশগী থাওমৈ পাণ্ডবকী মচা মঙা ঙালহৌরি—চন্দ্র-বংশগী পিণ্ড পীবিনবা ইচা মঙাদং লৈহৌরি হায়দুনা দুর্য্যোধননা মুংঙাইজরম্বদি ব্রাহ্মণ মচা নংনা ঐঙোন্দা করম্বা য়েক্নবা চমন লৈরমহুনা, শিরমদাইদা ঐগী আশাবু নংগী শিংজংনা কক্তুনা, ঐবু করিগী অমুক অন্নাবা পীরিবা ?

অশ্বত্থামা—চুম্মী—চুম্মীনা—করিনো ঐনা পাণ্ডব মঙাদি হাত্তনা—

( দুর্য্যোধননা অশ্বত্থামা ফাহুনা )

দুর্য্যো—তুমিন লৈয়ু দ্বিজাধম ! মরূপ হাৎপা ! নংবু হাৎকে ব্রাহ্মণ হাৎপা ব্রহ্মবধ পাপ—

অশ্বত্থামা—মহারাজ ! ঐ লাল্লে। কুরুপতি ঐবু ন্নারৌগন্নু। ন্নারবা শোল্লবা নংগী দেহদা অশ্বত্থামানা হেন্না অন্নাবা পীগ্রে। ঐবু অমুক্তা ঙাকপীরম্মু ঐ লাল্লে।

দুর্য্যো—লাল্লে ! লাল্লে ! অন্নানবনি জগৎ অসে ! অচুম্বনি হায়বা মচেৎ অমতা য়াওদবনি। অন্নানবনা তাকপা অন্নানবা লম্বী চত্তুনা অন্নানবা পনথুংক্ষম তান্নরুহুনা অন্নানবা কুরুক্ষেত্রগী লানজাও থোক্লিবনি। অন্নানবা পাণ্ডবনি ! অন্নানবা মখোইগী কর্ম্ম ফলগী তেংথাখোন্না নিল্লবা অন্নানবা সিংহাসন্দা ফম্নুরগনি। অন্নানবা কৌরবনি ! অন্নানবা চৎলুহুনা অন্নানবগী লাংদা তাহুনা অন্নানবা পুন্সি লান্না লোইবনি। অন্নানবা জগৎ নিঙম-দবা মৈরিনা চাক্তুনা লৈহৌরো। চৎলে—ঐ ঙসি অচুম্বা সত্যগী লম্বীদা— ( শিবা )

—থম্নবা—